# ঈশ্বরবাদ

লেখক
শ্রীঅরিবম ব্রজবিহারী শর্ম্মা কাব্য ব্যাকরণ স্মৃতিতীর্থ
প্রধানাধ্যাপক, ইম্ফাল টোল।



মমল লুপা ২·০০

## Forewored by Shri Kalachand Shastri B. A.

I have minutely and thoroughly gone through the "Ishwarbad" in manuscript written by Shri Aribam Brajabihari Sarma. In this book the existence of God and His purpose of creating the Universe are fully discussed with all sorts of logical arguments. It is further discussed here in this book that if God (Brahma) is accepted to be the Creator of this Universe whether His existence in person in this Universe can be accepted. The different arguments and logical decisions in this regard advanced by different logicians and Veidantic scholars specially those of Sankara. charya, Ramanuja, Ballavacharya, Cheitanyadeva are fully illustrated. This book so far as I deem will render a great benefit specially to those who are desirous of knowing such "Theism". In the end, I dare say that it is the first literary production of Manipur of its type and hope that it will fill up the gap that lay unbridged so far.

*Dated Imphal,*
**15. 9. 64.**

**Kalachand Shastri B. A.**

# ঈশ্বরবাদ

লাইরিক অসি নিংথিনা পারে। উরিবা জগৎ অসিগী তত্ত্বনা হোং-দোকলিবা ফিরেপ অমা পুন্নমক্না উনরি, অসিগী মক্ল করিনো? পাওখুমদা ঈশ্বরননি হায়নরি। ঈশ্বরদু কনানো থিগদবনি, মদু খংবনা মীওইবগী অরেপ্পা হোংদোক্ত্ৰবা ফিরেপ্নি। ফিরেপসি ভারক্লবা পার্শ্বে, থিবা, তাবা, নৈনবা অমসুং তৎনদনা নিংশিংবা অসিনি। ইতোমতগী বাখনদনা মদু ওইথোক্তে, লমুক্লে। মরম অসিনা লোইনা খংলবগী লোন-বা লোনরকই অমসুং মদুগা লোইননা খল্লবা খংলবশিংগী অতোপ্পবু নমহৎলুদবা অশেংবা অরেপ্পা বাখল কোংদোক্লরকই মদুবু লোল অমদা "ঈশ্বরবাদ" হাইনবনি।

লাইরিক অসিদা পঃ শ্রীব্রজবিহারী শর্ম্মা কাব্য ব্যাকরণ স্মৃতি তীর্থনা অনাদিকালদগী চেম্বরক্লিবা অধ্যাত্মিক সংস্কৃতিগী বাখলগী ঈচেলদু কোং-দোকলি। কলিযুগ অসিদা ঈশ্বরগী লম্বি লমজিংলবা অবতার—পুরুষ, মহা-পুরুষ, আচার্য্য অমসুং কাওরবা টীকাকার কয়াগী অশেংবা বিচার, অভি-প্রায় সিদ্ধান্তশিংগী মচি ওইবা কয়া কয়া লাইরিক অসিনা উহল্লি হাইবসি উবদা ঙমখৈ লৈতনা নুঙাইজে অমসুং ঈমালোনগী লাইরিক অসিনা ঈমা-লৈবাক্কী ইচিন ইনাওশিংগী অশেংবা বিচারগী মতেং খরদম্ব পোইদনা পাংগনি হায়না থাজজে।

লাইরিক অসিগী পিক্তকপা, শৈরেং কজবা, বারেং নিংথিবা বাতাং চুনবা (সজতি লৈনবা) বাদ ময়ামবু য়েক্লহন্দনা লোইশিনবা (সমন্বয় তৌবা) হৈবা পুন্নমকসি উবদা লেখককী মঙ্গল প্রার্থনা তৌজরি।

শ্রীশিবদত্ত শর্ম্মা

# ৱাহৌদোক

"ঈশ্বরবাদ" হায়বা লাইরিক অসি ঈশ্বরবু মতীক চাবা প্রমাণনা খিবা অমস্থুং মাগী মরমদা নৈনবা লাইরিক্নি। মীওইবা সমাজগী মন্নুংদা কাওলুপ অনীথক লৈ। মত্থুদি ঈশ্বর হায়বা অমা লৈ হায়না য়াবা (আস্তিক), য়াদবা (নাস্তিক)। ঈশ্বরবু বেদান্তদর্শন অমস্থুং ন্যায়দর্শননচিংবনা মন্নুং হুন্তিন্না কুপ্না থীরি। বৈদান্তিক সম্প্রদায়গী মন্নুংদা অমুক দ্বৈতবাদী অমস্থুং অদ্বৈতবাদী হায়না কাওলুপ অনী খোক্লা লৈ। দ্বৈতবাদী কাওলুপ্না ঈশ্বরগা জীব অমস্থুং জগৎ-কা তোঙডায়ে হায়না হায়রি। মসিগী মরমদা "যতোবা ইমানি ভূতানি জায়ন্তে, যেন জাতানি জীবন্তি যৎ প্রয়ন্ত্যভিসংবিশন্তি" অসিনচিংবা শ্রুতি বাক্যবু প্রমাণ ওইনা উৎলি। অদ্বৈতবাদী কাওলুপ্না ঈশ্বরগা জীব অমস্থুং জগৎকা করিস্থু তোঙডায়দে হায়রি। মসিগী মরমদা "ঐতদাত্ম্যমিদং সর্বম্" "সর্বং খল্বিদং ব্রহ্ম" নচিংবা শ্রুতি বাক্যবু প্রমাণ ওইনা উৎলি। দ্বৈতবাদীশিংগী মনুঙ্দা রামানুজাচার্য্য, মধ্বাচার্য্য বল্লভাচার্য্য অমস্থুং নিম্বার্কাচার্য্যগী মত খর খরদি খেয়ে, অদুবু মখোয়শিং অসি দ্বৈতবাদীদি ওইবা ঙাক্কনি।

ভগবান শঙ্করাচার্য্যনা অদ্বৈতবাদ হায়বা মতবু লৌই, মরম অসিনা মহাকপু অদ্বৈতবাদী হায়নৈ। ষড়দর্শনগী মনুঙ্দা ন্যায় বৈশেষিক, সাংখ্য অমস্থুং পাতঞ্জল দর্শন পুম্নমক্কী সিদ্ধান্তস্থু দ্বৈতবাদনি। ভগবান্ শঙ্করাচার্য্য অমস্থুং নৈয়ায়িক সম্প্রদায়না ঈশ্বরগী বিগ্রহ লৈতে হায়রম্মি। বৈষ্ণব সম্প্রদায়গী মন্নুং চনবা রামানুজাচার্য্যনচিংবা আচার্য্যশিংনদি ঈশ্বরগী বিগ্রহ লৈতবা য়াদে

হায়রম্মি। গৌড়ীয় মতাবলম্বী ওইবা শ্রীজীবগোস্বামীনচিংবা গোস্বামী-শিংনস্থু ঈশ্বরগী বিগ্রহ লৈ হায়বগী মরমদা মখল মথা অয়াম্বা যুক্তি প্রমাণ উৎলি।

ভগবান্ শঙ্করাচার্য্যনা মুক্তিগী কারণদি তত্ব জ্ঞানতনি হায়রম্মি। রামানুজনচিংবা বৈষ্ণব সম্প্রদায়শিংনদি ভক্তিনি হায়রম্মি। ঈশ্বরগা জীবগা তোঙাই অমস্তুং তোঙান্নদে হায়বগী মরমদা মাগী মাগী মত সমর্থনগীদমক অঙকপা ফংবা যুক্তি প্রমাণ কয়া উৎলি।

লাইরিক অসি ইজবদি বেদান্তদর্শন ( শাঙ্করভাষ্য, মাধ্বভাষ্য, রামানুজভাষ্য, নিম্বার্কভাষ্য অমস্তুং গোবিন্দভাষ্য ) কুসুমাঞ্জলি, ষট্ সন্দর্ভ ভগবদ্ গীতা, বৃহদারণ্যকোপনিষদ্‌নচিংবা উপনিষদশিংগী মতেংনা ইজবনি। মসিনা ঈশ্বরগী তত্বজ্ঞান ফংনিংবশিংগী য়াম্না মতেং ওইগনি; অসিগুম্বা লাইরিক মখল অমা লৈবনা মণিপুরী সমাজগী য়াম্না উপকাবস্থু ওইগনি থজহুনা ফোঙদোকচরি। মসি ফোঙদোকচবদা মণিপুর সরকারগী শিক্ষা বিভাগকী কর্ত্তৃপক্ষনা লুপা ২৫০'০০ চনী য়াথেথক মতেং পীনবিথি। মসিগীদমক কর্ত্তৃপকবু ধন্যবাদ তৌজরি। লাইরিক অসিদা করিগুম্বা অরানবা শক্লক য়াওরবস্থু সুধী সমাজনা ঙাকপিয়ু হায়না হয়া হয়া হায়জরি। ইতি—

আশ্রব

তাং ২৪।১।৬৬ ইং

শ্রীঅরিবম ব্রজবিহারী শর্ম্মা
ব্রহ্মপুর নহাবম, ইম্ফাল।

# ঈশ্বরবাদ



**ঈশ্বরনা সৃষ্টি তৌফম থোক্তে হায়বগী পূর্ব্বপক্ষ অমস্তুং মাগী মরম**

ঈশ্বরনা করিগীদমক সৃষ্টি তৌই ? মহাক্তি মতম পূম্নমক্তা মনীঙ্ থুংবা অমস্তুং অরা অনা নংদবনিন্দা মহাক্লা করিগুম্বা অমবু কাম্নগদবা অমস্তুং কাম্নরোইদবা য়েংহন্‌দা লৌশিনগদবা অমস্তুং লৌশিন-লোইদবা লৈতে, অহুনা মহাক্লা সৃষ্টি তৌফম থোক্তে হায়বা পূর্ব্বপক্ষ অসি ন্যায়বার্ত্তিকদা তৌরগা উদ্দ্যোতকরনা ইরি— ঈশ্বরনা ক্রীড়াগীদমক সৃষ্টি তৌই। বিভূতিবিশেষ উৎনবগীদমক সৃষ্টি তৌই হায়না তোঙান তোঙানবা সম্প্রদায়না হায়রি। তৌইগুম্বস্তুং মত অনী অসিমক চুমদবা ঙাক্তনি। মরমদি ক্রীড়া নত্তনা নুঙঙাইবা ফংলোইদবা মথোয় অহুতনা ক্রীড়াদগী করিগুম্বা নুঙঙাইবা অমা ফংগে হায়বগীদমক ক্রীড়া তৌবা হোৌনবনি, তৌইগুম্বস্তুং পরমেশ্বরগীদি করিগুম্বা অরাবা অমত্তা লৈত্তবা অমস্তুং অরাংপা অম ফাওবা লৈত্তবনিনা মহাক্লা নুঙঙাইনবগী-দমক সৃষ্টি তৌফম থোক্তে। মহাক্লা কাম্নবা য়েংদনা ক্রীড়া তৌবনি হায়গে হায়বস্থু য়াদে। মরমদি কাম্নবা ঈরৈ লৈতনা ক্রীড়া তৌবা হোৌনদে। বিভুক্তি বিশেষ উৎনবগীদমক্কি হায়বস্থু য়াদে। মরমদি— বিভূক্তি বিশেষ উৎলুরগা অমস্তুং উৎলুদ্রগা 'মাগী তোংজবা অমস্তুং মাঙজবা করিস্থ লৈত্তে। অহুনা কাম্নবা লৈত্তবনিনা ঈশ্বরনা সৃষ্টি তৌফম থোক্তে।

মতাংঙ্ অসিদা উদ্দ্যোতকরনা পাউথুম পীরি— "তৎস্বভাবাৎ প্রবর্ত্ততে ইত্যত্বষ্টম্" ঈশ্বর হায়বসি প্রবৃত্তি স্বভাবসম্পন্ন ( মহৌশানা

উদ্দ্যোতকরগী পাউথুম

থবক্তা চঙশিনবা ) ওইবনিনা সৃষ্টি তৌবনি। পক্ষ অসি দোষ লৈত্রবা পক্কনি। পৃথিবীনচিংবা পদার্থনা মহৌশাগী ওইনা মশাগী কান্নবা করিস্থু লৈতনা ধারণ ( পুবা ) নচিংবা থবক তৌবগুম্বনি। উদ্দ্যোতকরগী মতদা ঈশ্বরনা সৃষ্টি তৌবদি করিগুম্বা কান্নবা অমা ফংনবগীদমক নত্তে, স্বভাব ওইবদগীনি।

উদ্দ্যোতকবগী মথক্তা পূর্ব্বপক্ষ

ঈশ্বরনা প্রবৃত্তিস্বভাবসম্পন্ন ওইরবদি নিবৃত্তি ( হন্দোকপা ) লৈত্রবনিনা সৃষ্টিদা ওইত্থনা লৈবদা তারে। মরমদি প্রবৃত্তিস্বভাবসম্পন্ন ওইবা সৃষ্টিকর্ত্তা পরমেশ্বরদি মশক অমত্তা ওইবনি। অত্থগুম্বা মডোন্দগী থবক মথল মথল থোকপা য়াদে।

ঈশ্বরদি সাঙ্খ্যনা তাক্লিবা প্রবৃত্তিস্বভাবসম্পন্ন ওইবা প্রকৃতিগুম্না জড় ওইবা নত্তে। মহাক্কি প্রবৃত্তিস্বভাবসম্পন্ন ওইত্থনস্থু চেতন ওইবা পোৎশক্কি। মহাক্কা প্রবৃত্তিস্বভাবসম্পন্ন ওইদ্বনস্থু মতম অমত্তদা পোৎ

উদ্দ্যোতকবগী উত্তব

পূম্নমকপু থক শেমদে। শেম্নবা পোৎচং অত্থ ফংলবা মতমদদা শেম্মি, পোৎচংশিং অত্থস্থু মতম অমত্তদা থক শুনা ফংদে। মরম অসিনা মতম অমত্তদা পোৎ পূম্নমক থক মহাক্কা শেমদে। সৃষ্টি হায়বা থবক্তা জীবশিংগী ধর্ম্মাধর্ম্ম ( অদৃষ্ট ) অমস্থুং অদৃষ্টগী ফল ভোগ তৌননবা মতম্নচিংবা কারণ কয়ামুক চঙিঙ। মথোয়শিং অত্থ মতম থুদিংমক্তা শুনা ফংদবদগী মতম পূম্নমক্তা সৃষ্টি ভাক্তা তৌত্থনা লৈতে।

তোঙঙাম্নবা মতমদা সৃষ্টি তৌবা অমস্থুং সংহার তৌবা ঈশ্বরগী মহৌশানি। মতম তোঙঙাম্ননা থোকপা অমস্থুং তাবা হুমিংকী

মতাঙ অসিদা জয়ন্ত ভট্টগী মত

মহৌশানি। অহুবু জীবশিংগী অদৃষ্টগী মথা পোন্দবা য়াদে। মতাঙ্ অসিদা পরমেশ্বরগী স্বভাব অসিগী মূলকারণ ( মরু ওইবা মরম ) করিনো হায়না হংনিঙঙাই অমা লৈ।

ভগবান্ শঙ্করাচার্য্যগী পরমগুরু অদ্বৈতমতাচার্য্য ভগবান্ গৌড় পাদ স্বামীনস্থ মাণ্ডুক্যকারিকাদা হায়বিরম্মি—"ভোগার্থং সৃষ্টিরিত্যন্যে ক্রীড়ার্থমিতি চাপরে। দেবস্যৈব স্বভাবোঽয়মাপ্তকামস্য কা স্পৃহা"। মাণ্ডুক্যকারিকা ১। ৯। জীবশিংগী ভোগগীদমক ঈশ্বরনা সৃষ্টি তৌবনি হায়না সম্প্রদায় অমনা হায়রি। অতোপ্পা সম্প্রদায় অমনা অমুক ক্রীড়াগীদমক সৃষ্টি তৌবনি হায়রি। থাঙ্গৎশেংবদি মসি ঈশ্বরগী মহৌশানি। মরমদি মহাক্তি আপ্তকাম (নিংবা পূম্নমক থুংবা) নি। অহুনা মহাক্কী করম্বা অপাম্বা অমা লৈবা হৌনবগে ?

মরু ওইবা রাবু অসিদনি—গৌড় পাদনস্থ অপাম্বা অমা নত্তনদি ভোগ অমসুং ক্রীড়া থোকপা য়াদবনিনা জগৎ সৃষ্টি অসি ঈশ্বরগী স্বভাবতগী ওইবনি হায়রম্মি। তৌইগুম্বসুং উদ্দ্যোতকারগী মতদদি সৃষ্টি তৌবা হায়বসিমক ঈশ্বরগী স্বভাবনি। ঈশ্বরনা স্বভাব অতুগী মথা পোন্দুনা জগৎপু শেম্মি। মসিদা মাগী থোইদোকপা কান্নবা লৈতে। গৌড় পাদনচিংবা বৈদান্তিকশিংগী মতদসু ঈশ্বরগী কান্নবা করিস্থ লৈতে, তৌইগুম্বসুং সৃষ্টি ( শেম্বা ) হায়বসি মাগী মহৌশানি। বিবর্ত্তবাদী গৌড় পাদগী মতদা স্বভাব শব্দগী অর্থ মায়া হায়না খঙ্নগনি।

থাঙ্গৎশেংবমক্তি সৃষ্টি তৌবদা ঈশ্বরগী করিগুম্বা কান্নবা অমা লৈতবনিনা মহাক সৃষ্টিকর্ত্তা নত্তে হায়বা মত অসিবু মমাঙৈঙদগী হৌনা সমর্থন তৌনরক্লি অমসুং খণ্ডনস্থ তৌনরক্লি। অহুমা বেদান্ত-দর্শনদা ভগবান্ বাদরায়ণনা "ন প্রয়োজনবত্বাৎ" ( ২। ১। ৩২ )

সূত্রনা মত অসিবু পূর্বপক্ষ ওইনা লৌরগা "লোকবত্তু লীলা কৈবল্যম্" (২।১।৩৩) সূত্রনা ককথৎলম্মি। সূত্র অসিগী ব্যাখ্যা ভগবান্ শঙ্করাচার্য্যনা অস্মুম্না তৌরম্মি—জগৎ সৃষ্টি অসি ঐখোয়গুম্বা জীবশিংগী মকমদদি পাওখোকপা ভম্মোইদবা থবক অমা ওইরবস্মু পূর্ণ শক্তিমান্ ওইবা মতোন্দদি লীলানি। হায়রবদি জগৎ অসিবু শেম্ব (সৃষ্টি তৌবা) দা মাগী অচিনবা করিস্মু লৈতে, ঈরাই লাইনা শেম্মি কাম্নবস্মু থোইদোক্না য়েংবা লৈতে। য়াম্না রানা পাওখোক্কদবা থবক্তি কাম্নবা য়েংদনা কনানস্মু তৌদে, ঈরায় লায়না পাওখোক্কদবা থবক্তি মতম মতম অত্তুদা ওইজবা কাম্নবা য়েংত্রবস্মু মী পুম্নমক্ক তৌনরি।

ভামতীকার বাচস্পতিমিশ্রনস্মু অহানবদা তৎপর্য্য অসি কোংদোক্নবগীদমক ইরম্বদি অসিনি—বুদ্ধি লৈবশিংনা তৌবা থবক খুদিংমক কাম্নবা লৈতবা নত্তে, কাম্নবা লৈবচাক্কনি। অত্তুনা সৃষ্টি অসিস্মু করিগুম্বা কাম্নবা অমদি লৈকম থোকই হায়না থিবদা কাম্নবা অমা লৈ

মতাও অসিদা বাচস্পতি মিশ্রগী মত

হায়রবসি ফংত্রবনিনা সৃষ্টি অসি ঈশ্বরনা তৌবা য়াদে হায়রবদি ঈশ্বর সৃষ্টিকর্ত্তা নত্তে হায়রবা সিদ্ধান্ত অসিস্মু হায়রবা য়াই, অত্তুবু কাম্নবা য়েংত্রবস্মু অয়াম্বা মতমদা অশিংব অহৈবশিংনা তৌবা থবক কয়া ঐখোয়না উরি, অত্তুনা জগৎ অসিদা কাম্নদবা থবক কয়াস্মু লৈ হায়না য়াফম থোকই। নত্রবদি ধর্ম্ম সূত্রকারশিংনা "নকুর্বীত বৃথা চেষ্টাম্" হায়রবা য়াহে অসিগী চম্নকম লৈতে হায়রবা তাই।

মতাও অসিদা বৈদান্তিক অপ্যয়দীক্ষিতনা বেদান্ত কল্পতরুগী পারিমলটীকাদা ইরম্মি—কনাগুম্বনা য়াম্না নুঙঙাইরগা ঈকান কাম্নদনা নোকই অমস্তুং ঈশৈ শকই, কনাগুম্বনা অমুক য়াম্না রাগগা কাম্নদনা

কপ্নি হায়রবসি পূন্নমক্না থগুনরি। অসিগুম্বা মতমদা কপ্না অমস্তুং নোকপগী মরমদবু মহৎনৈ, অদুগা কপ্নগী অমস্তুং নোকপগী কান্নববুদি কনানস্তু হংনদে। মরম হায়বগা কান্নবা হায়বগা পোৎশক অনি অসি অমত্তা ওইবা রাদে। ঈশ্বরনা জগৎশেম্বগী মরমদি নৈ, অদুবু কান্নবদি নৈতে।

অপ্যয়দীক্ষিতগী মত

মথক্কী বেদান্ত সূত্র অসিগী ভাষ্যদা মধ্বাচার্য্যনস্তু বাদরায়ণগী তাৎপর্য্যবর্ণন অস্তুম্না তৌরম্মি—জগৎ অসিদা অভাওবা মীশিংনা রান্না মুওভাইরগা ঈকান কান্নদনা জগোই শাই, ঈশৈ শকই; অদুগুম্না ঈশ্বরনস্তু সৃষ্টিনচিংবা থবক তৌই। ভগবৎসন্দর্ভদা শ্রীজীব গোস্বামী·নস্তু মধ্বাচার্য্যগী ব্যাখ্যা পুখত্তুনা সমর্থন তৌরি। সৃষ্টিনচিংবা থবক অসি ভগবানগী লীলানি; চেতন অমস্তুং অচেতন পূন্নমক অসি পর·ব্রহ্মগী লীলাগী মচাক ভাক্তুনি হায়না শ্রীভাষ্যদা আচার্য্য রামানুজনা হায়রম্মি অমস্তুং ঋষিবাক্য উত্তুনা সমর্থন তৌরম্মি।

ভগবান্ শঙ্করাচার্য্যনস্তু মমৈদা মাগী নিজসিদ্ধান্তগী মতুং ইন্না মথক্কী পূর্বপক্ষবু থাঙ্গেশেংনা থগুন তৌরকপা মতমদা হায়খি—ঈশ্বরনা সৃষ্টি তৌই হায়রবা শ্রুতিশিং অদু থাঙ্গেশেংবা নত্তে, মরমদি শ্রুতিশিং অদুগী তাৎপর্য্যাদি ভগবানদগী জগৎকী অওইবা সৃষ্টি ওইদে। অবিদ্যাগী মথা পোন্দুনা (মায়ানা কারণ ওইদুনা) থৌরীদা জিনগী মিথ্যাসৃষ্টি থোকপগুম্ন ভগবানদা জগৎকী মিথ্যাসৃষ্টি থোকপনি। মরম অসিনা ঈশ্বরনা সৃষ্টি তৌবগী কান্নবা করিনো হায়না হংবসিমক অরানবা অমনি। মিথ্যাসৃষ্টি অসিগী কারণদি অনাদি ওইবা অবিদ্যানি। মহাক্তি মহৌশানা থবক্তা মমায় ওনশিনগদ্রি, মশাগী থবক্তা কান্নবা করিম্ভু থিবা নৈতে। অবিদ্যানা থৌরিদা মিথ্যাসৃষ্টি তৌখ্রবা জিন অদুনা

মীওইবগী পূক্লীংদা অকিবা অথুকপা পোকহল্লি হায়বসি মী পুন্নমক্কা খণ্ডনরি অমসুং য়ানরি। ভামতীকার বাচস্পতি মিশ্রনা মত অসিবু দৃষ্টান্তনচিংবা উত্তু না ফজনা তাক্লম্মি।

মথক্কী মত অসিগী মতুং ইন্না সৃষ্টি অসি অবিদ্যাদগী থোকপা মিথ্যাসৃষ্টি ওইবা ত্তারবদি মতুদা করিগুম্বা কান্নবা অমা য়েংবা লৈত্রব-নিনা মথক্কী পূর্বপক্ষগী অমসুং ঈশ্বরনা সৃষ্টি কর্ত্তা ওইবগী মথক্তা ঈশ্বর অসিদা বৈষম্য নৈঘৃণ্য দোষ লৈব' তাবসি ঈরায় লায়না খণ্ডন তৌবদি য়াই অত্তুবু বেদান্ত সূত্রকার ভগাবন্ বাদরায়ণগী "লোকবত্তু লীলা কৈবল্যম্" অমগা "বৈষম্য নৈঘৃণ্যেন সাপেক্ষত্বাৎ তথাহি দর্শয়তি" অসিনচিংবা সূত্রনা ভগবান্গী সৃষ্টি অসি অচুম্বনি হায়বা তরুংনা খণ্ড্বা ওন্মি হায়বসিমস্তু থন্নিভাই অমনি।

ভামতীকার শ্রীবাচস্পতি মিশ্রনা য়াথল অসি তৌরগা ইরম্মি—বাদরায়ণনা সৃষ্টিবু সত্যনি হায়না য়াত্থুনা যুক্তি পুন্নমক অসি তৌরখনি, থাঙ্গেশেংবদি মশাগী মতমক্তদি সৃষ্টি সত্য নত্তে। তৌইগুম্বসুং মত অসিনা অশেংবা ওইরম্নবদি মহাক্না মথক্কী পূর্বপক্ষগী থাঙ্গেশেংবা খণ্ডন অমদি অয়োইবা পাউথুম মশাগী মত মতুং ইন্না অতোপ্পা সূত্র অমনা শঙ্করাচার্য্যগী মত্তৌগুম্না করিগী পীবিরমদবগে? অসিমস্তু থন্নিভাই অমনি। মহাক্না মকম অত্তুদা মশাগী মত ফোংদোক্তনা মশাগী মতকী ওন্না লৈনবা মত (সৃষ্টি সত্যনি) হায়বসি লৌত্থুনা হায়থিবা পূর্বপক্ষবু পরিহার (খণ্ডন) তৌরবদি মশাগী মূলসিদ্ধান্তদা অতোপ্পা কনাগুম্বগী চিংনবা নত্রগা ভ্রম ওইবা য়াই হায়বসি মহাক খণ্ড্দবা নত্তে। আচার্য্য রামানুজনচিংবা ভাষ্যকার কনা অমত্তনস্তু বেদান্তসূত্রনা থোক্ত ওইত্থুনা সৃষ্টিগী অসত্যতা (চুমদে হায়বা) মত অসি য়াদে (বিবর্ত্তবাদ

লোদে )। তৌইগুম্বনুং "উপসংহার দর্শনাম্নেতি চেন্ন ক্ষীরবদ্ধি" অসিনচিংবা সূত্রনা পরিণামবাদদা বাদরায়ণগী তাৎপর্য্য লৈ হায়বা থডিও হায়খি।

হৌজিক ওইনিংবা অমা ওইরসনু মথক্তা হায়খ্রিবা বেদান্তসূত্রগী মতুং ইন্না বৈদান্তিক সম্প্রদায়না ঈশ্বরগী সৃষ্টি অমসুং সংহার ক্রিয়াগী কান্নবা অমত্তা লৈতে হায়বা সিদ্ধান্ত অসি সমর্থন তৌখি। মত অসি প্রাচীনশিংগীনি থও্নগনি। মত অসিগী মতুং ইন্নদি থবক খুদিংমক কান্নবা লৈবাডাক নত্তে, মতম মতমদা কান্নদবা থবক কয়ামুকসু থোকই অমসুং থোকপসু য়াই। বাচস্পতি মিশ্রনা "ভামতীটীকাদা" মত অসিমক সমর্থন তৌত্রনা মথক্তী বেদান্তসূত্রগী তাৎপর্য্য ব্যাখ্যা তৌখি, তৌইগুম্বসুং মহাক্না তাৎপর্য্য টীকাদা ভাষ্যকার বাৎস্যায়নগী "আপ্তক-ল্পশ্চায়ম্" বাক্য অসিগী তাৎপর্য্য ব্যাখ্যা তৌবদা ঈশ্বরনা জীবশিংবু থৌজানবিবদগী সৃষ্টিনচিংবা তৌই হায়বা মত অসি সমর্থন তৌরম্মি। মসিগী অথুপ্পা মরম অসিনি—ভাষ্যকার বাৎস্যায়নগী মত অসিদা কান্নদবা থবক অমত্তা লৈতে, কান্নবা ঙাক্তনি হায়বা মত অসি মহাক্না মথক্তা সমর্থন তৌখি।

করিগুম্বা কান্নবা অমা লৈতনা কনা অমত্তনসু থবক তৌদে (প্রয়োজনমনুদ্দিশ্য ন মন্দোঽপি প্রবর্ত্ততে) মত অসিসু থাঙ্গৈশিংনা কুইরবা মতমদগী চৎনরক্লিবা অমনি। যুক্তি হৈরবা ভট্টকুমারিলনচিংবা মীমাংসকশিংনসু মত অসিবু সমর্থন তৌখি। অত্রনা ঈশ্বরনা জগৎপু শেম্মি হায়বা ভারবদি মথক্তী মত মতুং ইন্না জীবগী কান্নবগীদমক মশাগী নত্তনা শেম্মি হায়বা ভারে।

মতাং অসিদা পণ্ডিতশিংনা থরদং থনবিনবগীদমক হায়কম

থোকপা থরম্নু লৈ—সৃষ্টি অমস্বুং সংহারগুম্বা ঈশ্বরগী থবক পুম্নমক মহাক্কী লীলানি। থবক পুম্নমক অসি মহাক্কা ঈরায় লায়না তৌই। লীলানি হায়হুনা সৃষ্টি অমস্বুং সংহারনা নিষ্প্রয়োজন ওইবা তারবদি মহাক্কী থবক অতৈ পুম্নমকস্নু নিষ্প্রয়োজন ওইবা তারে। তৌইগুম্বস্নুং ভগবদ্‌গীতাগী অষ্টমশুবা অধ্যায়দা "নমে পার্থাস্তি কর্ত্তব্যম্" অসিনচিংবা ২২শুবা শ্লোকনা জীবশিংগী মঙ্গলগীদমক্তা ঈশ্বরনা থবক তৌবিবনি হায়না ব্যাসদেবনা তরং তরংনা তাকপিরম্মি। যোগদর্শন ভাষ্যদস্নু ঈশ্বর মশাগী প্রয়োজন লৈত্রবস্নু জীববু থৌজানবিবসিমক প্রয়োজননি হায়রি। পুম্নমক অসি ঈশ্বরগী লীলানি হায়হুনা করিগুম্বা কান্নবা অমত্তা লৈতে হায়বা ওম্নবদি মতৌ অম্মুম্না প্রয়োজন বর্ণন তৌবগী কান্নবা অমত্তা লৈতে। মরম অসিনা শাস্ত্রদা ঈশ্বরগী সৃষ্টিনচিংবা থবক্তা প্রয়োজন য়েংবা লৈতে হায়বা মফম মফম অদুদা ঈশ্বর মশাগী প্রয়োজন লৈতে হায়বা তাৎপর্য্যানি হায়না ঐখোয়না খঙবা ওম্মি। "আপ্তকামস্য কা স্পৃহা" ৱাহৈ অসিনস্নু ঈশ্বরদি আপ্তকামনিনা সৃষ্টিদা প্রয়োজন য়েংবা লৈতে খঙ্‌লে, অদুনা স্পৃহা ( অপাম্বা ) স্নু লৈবা য়াদে হায়বা তাৎপর্য্যানি খঙ্‌ই। ঈশ্বরনা অতোপ্পা মীগী কান্ননবগীদমক সৃষ্টি তৌদে, মাগী পুক্নীংদা অতোপ্পশিংগী কান্নবগীদমক স্পৃহা লৈতে হায়বা "আপ্তকামস্য কা স্পৃহা" ৱাহৈ অসিনা খঙ্‌দে। মরমদি করুণাময় ওইবা পরমেশ্বরগী নিত্যসিদ্ধ করুণা অদুমক্তি মহাক্কী পরার্থস্পৃহা ( অতোপ্পগী কান্নবগীদমক স্পৃহা ) হান্নবনু। শ্রীমদ্ভাগবতদা ভগবান্‌গী অবতারগী প্রয়োজন বর্ণন তৌখিবদুগী ব্যাখ্যাদা গৌড়ীয় বৈষ্ণবাচার্য্য শ্রীজীব গোস্বামীনা মহাক্কী ষটসন্দর্ভগী মনুঙ চনবা "ভগবৎসন্দর্ভ"দা ভক্তশিংগী ভজনসুখবু অবতারগী প্রয়োজননি

হায়না সমর্থন তৌবদা ভগবান্‌গী করুনা হায়বা গুণবুসু সমর্থন তৌখি। মহাক্না মফম অত্তুদা থাঙ্‌খিবা মধ্বভাষ্যগী বচনগী "পূর্ণানন্দস্য তস্যেহ প্রয়োজনমতিঃ কুতঃ" হায়বা শরুক অসি পুথন্তুনা পরমেশ্বরগী অতোপ্পা কায়বা য়াথল অমা লৈতে হায়বসিমক মমৈদা হায়বিরম্মি। মরু ওইবা য়াবু অসিনি—ঈশ্বরনা থবক অতৈ অতৈগুম্না' সৃষ্টিনচিংবা থবক-পুসু অতোপ্পশিংগী কায়নবগীদমক তৌবি হায়বা মত অসিমসু তফিং তফিংনা শাস্ত্রবিরুদ্ধ ওই হায়না থৌরোইদবসু য়াম্রি। "ন প্রয়োজন-বত্ত্বাৎ" অসিনচিংবা বেদান্তসূত্রগী ব্যাখ্যাসু মত অসিগী মতুং ইন্না তৌবা য়াই।

(১) ঈশ্বরনা জীবশিংগী মফমদ' থৌজানবিত্তুনা সৃষ্টি তৌবি-বনি হায়রবদি মহাকসু দুঃখী ( অয়াবা ফংবা ) অমনি হায়বা তারক্নি,

মত অসিগী মথক্তা আপত্তি

মরমদি থৌজানবিবা ব্যক্তি খুদিংমক অতোপ্পশিংগী অয়া অনা উরগা মশামকসু মীগী অয়াবনা অয়াবা ওইত্তুনা মী ( অতোপ্প ) গী কায়নবা থবক তৌই হায়বসি মী খুদিংমক্না উনরি। তৌইগুম্বসুং ঈশ্বরগী মফমদা অয়াবা লৈ হায়রবসু ঈশ্বর অত্তু ঈশ্বর ওইরোইদৌরে।

(২) জীবশিংনা তৌজ তৌজবা কর্ম্মগী ফল ভোগ তৌহন্নবগী-দমক ঈশ্বরনা সৃষ্টি তৌই হায়রবসু অন্যোহন্যাশ্রয় দোষ লৈ। মরমদি জীবশিংনা তৌজবা কর্ম্ম য়াওদনা সৃষ্টি থোক্তে, সৃষ্টি য়াওদনসু কর্ম্ম লৈতে। জীবশিংগী সংসার অনাদিনি হায়রবসু অন্ধপরম্পরা দোষ লৈবদগী অন্যোহন্যাশ্রয় দোষ থক কোকপা য়ারোই।

ভগবান্‌ শঙ্করাচার্য্যনা মতুংদা বেদান্তদর্শনগী "পত্যুরসামঞ্জস্যাৎ' ২।২।৩৭ সূত্রগী ভাষ্যদা ঈশ্বরদি জগৎকী নিমিত্তকারণ মথৈদা

ওইবনি হায়বা মত অসিদা সামঞ্জস্য লৈতে হায়না উৎপা অমদি তাকপগী মতাংদা মথক্কী দোষ অসি লৈ হায়না হায়খি।

ঈশ্বরদি করুণাময় ওইহনস্থ অৱাবগী কারণ ওইবা দুরদৃষ্ট লৈতবনিনা অৱাবা ফংদে। মহাক্না থৌজালহৈবা অপণ্ডব অমগুম্না মীগী অৱাবনা অৱাবা ওইহনা মীগীদমক্তা হোৎনকম থোক্কে। হেক্তা থৌজালহৈবগা মীগী অৱা অনং উরগা মহাকস্থ য়াদবা য়াদে হায়বা করিস্থ অরেপ্পা অমা লৈবা নত্তে। লৈরবদি পূম্নমক্কী অৱাবা অনংবা উরবনিনা মহাকস্থ পূম্নমক অদু ফংবতারি। অদু ওইরবদি

উত্তর মহাকপু কনানা ঈশ্বরনি হায়গনি। অৱা অনং ফংদবা অমস্থং থৌজালহৈবনি হায়বদগী মাবু ঈশ্বরনি হায়বনি। মতৌ অস্থুম্না ঈশ্বরনা মীগীদমক হোৎনবিরবস্থ চুম্নগী মীগুম্না মশাগী কান্নবা অমা য়েংবা লৈতে। মরমদি মহাক্তি ফংনিংবা অমক্তা ফংদবা লৈতবনি। মরম অসিনা অসিগুম্বা অদ্বিতীয় পুরুষবিশেষ (ঈশ্বর) গী মফমদা মথক্কী দোষ অসি লৈবা য়াদে। তৌইগুম্বস্থং ঈশ্বরনা থাঙ্গৈশেংনা জগৎকী সৃষ্টি তৌরবদি জীবশিংগী পূর্ব-কর্ম্মগী মতুং ইন্না তৌবনি, অদুগা জীবশিংগী সংসার অমদি সৃষ্টিগী প্রবাহ অসি অনাদিনি হায়না য়াগদবনি। নত্রবদি ঈশ্বরনা জীবশিংবু বিষম ওইনা (মান্নদনা) শেম্বগী দোষ অসি করিগুম্বা যুক্তি অমত্তনা কোকপা য়ারোই।

ভগবান্ শঙ্করাচার্য্যনস্থ মথক্তা "বৈষম্য নৈর্ঘৃণ্যে" অসিনচিংবা বেদান্তসূত্রগী ভাষ্যদা সিদ্ধান্ত অসিবু থোইদোক্না সমর্থন তৌখি অমস্থং মসিগী মতুং ইন্না জীবশিংগী সংসার অসিবু অনাদিনি হায়নস্থ সমর্থন তৌখি; মসিগী মরমদা শ্রুতি অমস্থং যুক্তি কয়ামুকস্থ উৎখি।

সিদ্ধান্ত অসিদা অন্যোহন্যাশ্রয় অমসুং অনবস্থানচিংবসি প্রামানিকনি হায়রুনা দোষ ওইবা য়াদে—অসিমসু খনকম খোকই। শঙ্করাচার্য্যনসু মথক্তা বীজাঙ্কুরন্যায় পন্দুনা মত অসি সমর্থন তৌরম্মি।

ঈশ্বরনা জীবশিংগী কর্ম্মগী মতুং ইন্না মথোয়বু অফবা অমসুং ফত্তবা কর্ম্ম তৌহল্লি হায়বা সিদ্ধান্ত মথক্তা পনখ্রে। "এষ হ্যেবৈনং সাধু কর্ম্ম কারয়ন্তি" অসিনচিংবা শ্রুতিগী তাৎপর্য্যবর্ণনা তৌরগা মথক্তী সিদ্ধান্ত অসি সমর্থন তৌবদা মধ্বাচার্য্যনসু ভবিষ্যপুরাণগী "পুণ্যপাপাদিকং বিষ্ণুঃ কারয়েৎ পূর্বকর্ম্মণঃ। অনাদিত্বাৎ কর্ম্মণশ্চ ন বিরোধঃ কথঞ্চন।" বচন অসি থাঙ্গৎলম্মি। জীবশিংগী কর্ম্মনিরপেক্ষ ( কর্ম্মবু য়েংদবা ) ওইনা ঈশ্বরনা জগৎপু শেম্বনি হায়বা মত অসি খণ্ডন তৌরগা জীবশিংগী কর্ম্ম সাপেক্ষ ( কর্ম্মবু য়েংবা = কর্ম্মগী ফলগী মথা পোনবা ) ওইনা ঈশ্বরনা জগৎপু শেম্বনি হায়বা সিদ্ধান্ত অসি লেপ্পবা হোৎনবনা প্রকরণ অসিগী উদ্দেশ্যনি হায়বসি ঐখোয়না খঙই। অদুনা ভাষ্যকারনসু খ্বাইগী মমৈদা 'স্বকৃতাভ্যাস লোপেনচ' অসিনচিংবা সন্দর্ভনা মহর্ষিগী প্রকরণ অসিগী প্রতিপাদ্য ( পাঙথোক্কদবা = পুথোক্কদবা ) বিষয়দি সিদ্ধান্ত অসিনি হায়না ফোংদোক্লম্মি।

উদ্দ্যোতকরনসু সিদ্ধান্ত অসিবু সমর্থন তৌরগা মমৈদা মহাক্না সমর্থন তৌখ্রবা জগৎকর্ত্তা, সর্বনিয়ন্তা ঈশ্বরগী অস্তিত্ববু শাস্ত্রনা খোঙ ওইত্না সমর্থন তৌগে হোৎনরকপদা মহাভারত অমসুং মনুসংহিতাগী বচন উৎলম্মি। মত্থদি—

অজ্ঞো জন্তুরনীশোহয় মাত্মনঃ সুখদুঃখয়োঃ।
ঈশ্বর প্রেরিতোগচ্ছেৎ স্বর্গংবা শ্বভ্রমেববা॥ বনপর্ব ৩০। ২৮।
যদা স দেবো জাগর্ত্তি তদেদং চেষ্টতে জগৎ।

যদা স্বপিতি শান্তাত্মা তদা সর্বং নীমিলতি। মনুসংহিতা ১।৫২

ন্যায়কুসুমাঞ্জলিগী ৫শুবা স্তবকদা উদয়নাচার্য্যনসু মথকী বচন অনি অসি থাঙ্গৎলম্মি। তাৎপর্য্যটীকাকার বাচস্পতি মিশ্রনসু ন্যায় মঞ্জরীকার জয়ন্ত ভট্টনচিংবা পণ্ডিতনসু মহাভারতকী বচন অসি লৌথৎলম্মী। মহামনীষী মাধবাচার্য্যনসু "সর্বদর্শন সংগ্রহ"দা শৈব-দর্শন নকুলীশ পাশুপত সম্প্রদায়গী মতগী মথক্তা দোষ পীতুনা জীবশিংগী কর্ম্মসাপেক্ষ ওইনা ঈশ্বরনা জগৎকী কারণ ওইবা মত অসি সমর্থন তৌগে হায়বগীদমক মহাভারতকী বচন অসি থাঙ্গৎখি।

ঈশ্বরনা সৃষ্টিকর্ত্তা ওইরবদি মাগী শরীর অমা শোইদনা লৈকম থোকই। শরীর লৈতবা মহাক্না কর্ত্তা ওইবা য়াদে। শরীর লৈতবা কনাগুম্বা অমত্তনা করিগুম্বা কার্য্য অমগী কর্ত্তা ওই হায়বগী দৃষ্টান্ত লৈতে। ঐথোয়না শাবা চফুনচিংববু দৃষ্টান্ত ওইনা লৌরগা কার্য্য খুদিংমক্কী কর্ত্তা লৈ ( ক্ষিতিঃ সকর্ত্তৃকা কার্য্যত্বাৎ ঘটবৎ ) অসিগুম্বা অনুমাননা দ্ব্যণুকনচিংবা কার্য্যগী কর্ত্তা ওইনা ঈশ্বর-সিদ্ধ তৌবা তারবদি ঐথোয়গুম্না শরীর য়াওবা ঈশ্বর অমা সিদ্ধ তৌবদা তাই। মরমদি ঐথোয়না উরিবা ঘটপটনচিংবা কার্য্য পুম্নমক্কী কর্ত্তা পুম্নমক শরীর য়াওবা চেত্তন ওাক্তনি হায়বা ঐথোয়না খণ্ডিত। অতুনা কার্য্য খুদিংমক্কী কর্ত্তা লৈ হায়রবদি কর্ত্তা অতু শরীর লৈবা ওাক্তনি হায়বা তাই। তৌইগুম্বসুং সৃষ্টিকর্ত্তানি হায়রিবা ঈশ্বর অতুগী শরীরদি লৈতবনিনা মহাক্না সৃষ্টিকর্ত্তা ওইবা য়াদে। মরম অসিনা মহাক্কী অনুমান অসিনা ঈশ্বরসিদ্ধসু ওইদে।

ঈশ্বরনা সৃষ্টি কর্ত্তা মত্তে হায়বগী মরু ওইবা না

ঈশ্বরগী জ্ঞাননচিংবা লৈবগুম্না শরীরসু লৈ হায়রবদি মতু নিত্য অনিত্যগী মরক্তা অমত্তসু ওইবা য়াদে। মরমদি শরীর হায়বসিদি

কনাগীস্থ নিত্য লৈতবনিনা ঈশ্বরগী শরীর নিত্য নত্তে। অনিত্যনি হায়বস্থ য়াদে। অনিত্য ওইরবদি পরিচ্ছিন্ন ওইগনি, পরিচ্ছিন্ন ওইবা বস্তুদি মফম খুদিংমক শিনবা থুংদবনিনা শরীর অসিনা করিগুম্বা মতমদা ঈশ্বরনা অস্থুক য়াম্বা থবক অসি মতম অমত্তদা পাঙথোকপা য়ারোই অত্থনা ঈশ্বরগী অনিত্য শরীর অসিবু শেম্বনা কনানো? হায়বা অমস্থু হংফম থোকই। ঈশ্বর মশামক্না শেম্মি হায়বস্থ য়ারোই, মরমদি ঈশ্বরগী শরীর অত্থ শেমত্রিডৈগী মমাঙদা মহাক্কী অতোপ্পা শরীর অমা লৈতবনিনা মতম অত্থদা মহাক্না কনাবুস্থ সৃষ্টি তৌবা ঙমদে।

ঈশ্বরগী শরীর অত্থবু শেম্বিবা অতোপ্পা ঈশ্বর অমা লৈ হায়রবদি অত্থগুম্বা ঈশ্বর অত্থগী শরীর অত্থবু শেম্বা অতোপ্পা ঈশ্বর অমস্থু অমুক, অস্থুম তৌনা মথং মথং লোইবা থম্বা লৈত্তনা ঈশ্বরমক্তবু স্বীকার তৌ-বদা তারি ( অনবস্থা দোষ )। নিত্য অমস্থুং অনিত্য করিগুম্বা শরীর অমত্তা ঈশ্বরগী লৈ হায়বা য়াদবনিনা মহাকপু সৃষ্টিকর্ত্তানি হায়বা য়াদে। মরম অসিনা মথক্কী অনুমান অসিনা ঈশ্বর সিদ্ধ তৌবা য়াদে।

মথক্কী যুক্তি অসি অবলম্বন তৌবদা নাস্তিক সম্প্রদায়শিংনা নৈয়ায়িকশিংগী "ক্ষিতিঃ সকর্ত্তৃকা কার্য্যত্বাৎ" অসিনচিংবা মথলগী অনুমানদা "ঈশ্বরো যদি কর্ত্তাস্যাৎ তদা শরীরী স্যাৎ" অসিনচিংবা মথলগী প্রতিকূলতর্ক পুথোক্লুনা অমস্থুং শরীরাজন্যত্ব, হায়বা উপাধি পুথোক্লুনা অনুমান অসি খণ্ডন তৌখি। "তাৎপর্য্য" টীকাদা বাচস্পতিমিশ্রনা, "আত্মতত্ত্ববিবেক" অমস্থুং "ন্যায়কুসুমাঞ্জলি" গ্রন্থদা উদয়নাচার্য্যনা, "ন্যায়কন্দলী" গ্রন্থদা শ্রীধরাচার্য্যনা, "ন্যায়মঞ্জরী" গ্রন্থদা জয়ন্তভট্টনা অমস্থুং "ঈশ্বরানুমান চিন্তামণি" গ্রন্থদা গঙ্গেশো-

পাধ্যায়নচিংবা মহানৈয়ায়িকশিংনা শন্দোকপা বিচার তৌহ্নুনা নাস্তিক সম্প্রদায়শিংগী যুক্তি পুম্নমক অহ্নু অমুক্তং ওইনা ককথংখি।

শরীর লৈত্রবা মহাক্না সৃষ্টিকর্ত্তা ওইবা য়াই হায়না মথোয়না য়ারম্মি। মথোয়গী বিচার অহ্নু মফম অসিদা খুদোংচাদবনা ফোংদোকচররোই। শম্না হায়জগদববু অসিনি—হকচাং (শরীর) লৈতবনা কর্ত্তা নত্তে, হকচাং লৈবতনা কর্ত্তানি হায়রবদি তুম্লিবা অমস্থং শিরবা মীশিংস্থু কর্ত্তা ওইবা তারে। তৌইগুম্বস্থং কার্য্যানুকূল ওইবা মশাগী প্রযত্নুনা থোঙ্ ওইহ্নুনা কার্য্যগী অতৈ অতৈ কারকশিংবু ঈনশিনবা অমস্থং ক্রিয়াগী অনুকূল ওইবা প্রযত্ন লৈবা অহ্নুবু কর্ত্তা কৌই। হায়রিবা কর্ত্তা অসিদি শরীর লৈত্রবস্থু ঈশ্বরনা ওইবা য়াই। ঐথোয়না শরীর য়াওদ্রবদি করিগুম্বা থবক অমত্তা তৌবা ঙমদে, অহ্নু ওইরবস্থু ঈশ্বরদি সর্ব-শক্তিমান্ ওইবনিনা শরীর য়াওদ্রবস্থু নীংবতদা জগৎ অসি শেম্বা ঙম্মি। ঐথোয়গী অনিত্য ওইবা প্রযত্ন অসি শরীর সাপেক্ষ ওইরবস্থু ঈশ্বরগী নিত্য প্রযত্নগী মশক ওইবা কর্ত্তৃত্ব অসি শরীর সাপেক্ষ নত্তে। তৌইগুম্বস্থং ব্যাপার নত্তনা করিগুম্বা ক্রিয়া অমত্তা পোকপা য়াদে হায়বসিস্থু হায়বা য়াদে। মরমদি জীবাত্মানা মশাগী প্রযত্নুনা স্বশরীর-দা চেষ্টাগী মশক ওইবা ক্রিয়া অমা পোকহল্লি। অহ্নুনদি মহাক্কী শরীর অহ্নুমক্না মশাদা চেষ্টারূপ ক্রিয়া অসি পোকহনবা তৌদে। চেষ্টারূপ ক্রিয়া অসি পোক্তি্রৈংগী মমাঙদা জীবাত্মাগী শরীরগী চেষ্টা অমদি ক্রিয়া করিস্থু লৈতে। জীবাত্মাগী জ্ঞানবিশেষ অমদগী ইচ্ছা-বিশেষ অমা পোকই, অহ্নুদগী প্রযত্ন বিশেষ অমা পোকই; অহ্নুদগী শরীরদা চেষ্টা অমা পোকই। অস্থুম তৌনা ঈশ্বরগী জ্ঞান, ইচ্ছা, প্রযত্নদগী পোকপা কার্য্যদ্রব্যগী মুলকারণ ওইবা পরমাণু পুম্নমক্তা

ঈহান হান্না ক্রিয়া বিশেষ অমা পোকই। অদুগী কলনা পরমাণু অনী সংযোগ ওইদুনা দ্ব্যণুক ওই। দ্ব্যণুক মশেল অমগা অমগা তিন্নরক-তুনা মখণ্ড্ মখণ্ড্ অসুম খরা খরা চাউখৎলকুনা ব্রহ্মাণ্ড অসি ওইরি। অসিদা ঈহান হানবা মকুদা ঈশ্বরগী শরীর য়াওব্রবদি য়াদে হায়বা করিসু লৈতে। তৌইগুম্বসুং 'ঘট'নচিংবগুম্না কর্ত্তা অমদগী পোকপনি হায়বদি শোয়দে। শরীর লৈবা কর্ত্তাভাক্তদগী পোকদবনি হায়বগী নিয়মদি লৈতে। শোয়কদবা নিয়ম অসি লৈবদগী সৃষ্টিগী অহানবদা পোকখিবা দ্ব্যণুকনচিংবা অসি কনাগুম্বা কর্ত্তা অমদগী পোকই হায়বা অনুমান অসিমদি তৌগনি; দ্ব্যণুকনচিংববু শেম্লিবা মহাক অদু শরীরী ওইগনি হায়বদি অনুমাননা সিদ্ধ ওইদে। তৌইগুম্বসুং দ্ব্যণুকনচিংববু শেম্লিবা কর্ত্তা অদুদি উপাদান ( মচাক ) পূন্নমক্কী দ্রষ্টা (উবা) অমসুং অধিষ্টাতানি হায়বদি সিদ্ধ ওই। অদু ওইরবদি দ্ব্যণুকগী উপাদান কারণদি জীবশিংগী ইন্দ্রিয়না খঙ্বা উবা ঙমদবা (অতীন্দ্রিয়) 'পরমাণু' সিবু খঙবা উবা ঙম্বা ওইফম থোকই। অদুনদি মহাক অদু অতীন্দ্রিয়-দর্শীনি হায়বসু য়াফম থোক্লে। মরমদি পোৎ অমবু শেমগদৌরিবা নিপা অদুনা মদুদা চংগদবা পোৎচং অদুগী মশক খঙব্রবদি শেম্বা ঙমদে। জগৎপু শেম্বিরিবা ঈশ্বরনা জগৎ অসি শেম্বদা চংগদবা পোৎচং পূন্নমক মুন্না খঙই। পোৎচংশিং অদু ঐখোয়গী ইন্দ্রিয়শিংনা খঙবা ঙমদবা কয়া য়াওরি; অদু পূন্নমক মহাক্তি লোয়না উবা খঙবা ঙম্বনি হায়বনিনা শরীর য়াওব্রবসু জগৎ অসি শেম্বা ঙম্মি। জগৎ অসি শেম্বদা ঐখোয়না শরীর য়াওব্রবদি ঙমদবগুম্না মহাক্তি নত্তে। ঐখোয়-না উরিবা কর্ত্তা পূন্নমক অসি শরীরী ভাক্তনি, শরীর য়াওদনা কনানা করিগুম্বা অমবু শেম্বা ঙম্মি হায়বা ঐখোয়না উদে। তৌইগুম্বসুং কর্ত্তা

পূন্নমক মরোং অমত্তা ওইগনি ( মান্নগনি ) হায়বসিমস্থ ঐথোয়না খঙদে। কনাগুম্বনা মখুৎ অনীনা থাঙ্গৎপা পোং অদু কনাগুম্বনা মখুৎ নাম্মতনা থাঙ্গংলি, অমস্থং অসাধারণ শক্তি লৈবা মীনা খুৎ মচা অমত্তনা থাঙ্গৎলি ; অসিমস্থ ঐথোয়না উরি। কর্ত্তা ওইরিবশিংগী শক্তি থেন্নবগী মতুঙ ইন্না তোঙডায়ে অমস্থং মথোয়গী থৌদৌস্থ থেরৈ হায়বসি য়াফম থোকই। অদু ওইরবদি সর্বশক্তিমান্ পরমেশ্বর মহাক্না শরীর য়াওদ্রবস্থ ইচ্ছামক্তনা জগৎপু শেম্মি হায়বসি ওইথোক্তে হায়নিঙাই লৈতে।

কর্ত্তা য়াওদনা দ্ব্যণুকনচিংবা কার্য্যশিং অসি ওইখি হায়বসিত্থম ওইথোক্তে হায়নিঙঙাই ওই। মরমদি—কার্য্য পুন্নমক অসি কারণদগী পোকদবা ডাক্তনি, কারণ য়াওদনা কার্য্য ওইরবদি মতম খুদিংমক্তা কার্য্য পুন্নমক ওইবা তাই, অমস্থং লৈবতাই। জগৎকী মর্য্যাদা ( নিয়ম, ব্যবস্থা ) অসি কায়বা তারক্লি। কারণশিংগী মনুঙ্দা কর্ত্তাস্থ কারণ অমনি, মহাক অসি য়াওদনা করিগুম্বা অমত্তা পোক্তে থোক্তে। কারণ অতৈ শুনা লৈরবশু কর্ত্তা হায়বা কারণ অসিমতং য়াৎলবদি থবক অমত্তা ওইদে হায়বসি ঐথোয় পুন্নমক্না তশেং তশেংনা উরি। মরম অসিনা সৃষ্টিগী মমাঙদা দ্ব্যণুকনচিংববু শেম্বিগদবা কর্ত্তা অমদি লৈগনি হায়বসি শোয়দনা য়াফম থোক্লবা য়ানি। অদু ওইরবদি কর্ত্তা অদুদি অতীন্দ্রিয়দর্শী, জীব শক্তিশিংগী অনাদি কর্ম্মাধ্যক্ষ সর্বজ্ঞ ওইবিননা ঐথোয় পুন্নমক্তগী ঈতোপ তোপ্পা সর্বশক্তিমান্ পরম পুরুষনি হায়বসিস্থ য়াদবা য়াদে। নত্রবদি মহাক অদুনা জগৎ কর্ত্তা ওইবা য়াদে। মরম অসিনা অসিগুম্বা ঈশ্বরনা শরীর য়াওদনা জগৎপু শেম্মি হায়বদা করিস্থ চিংনফম লৈতে। থাঙ্গৈশেংবদা মথকী ঈশ্বর

সাধক ( ঈশ্বর লৈ হায়না তাকপা ) অনুমাননা ঈশ্বরগী জ্ঞান, ইচ্ছা, প্রযত্নবু নিত্যনি অমস্তুং মহাক্লা ওইবা কর্ত্তা মরোয়দি শরীরসাপেক্ষ নত্তে হায়বা তাকই। তৌইগুম্বস্তুং লোকশিক্ষাগীদমক মরক মরক্তা মহাক্লা শরীর-পরিগ্রহ তৌই। মরমদি—শরীর সাধ্য ( হকচাংনা পাঙ্খোক্কদবা ) থবক মথল থরা নত্তনা লোকশিক্ষা ( মীবু তাকপি তম্বিবা ) য়াদে। মরম অসিনা উদয়নাচার্য্যনস্তু শরীর লৈতবা ঈশ্বরনা শরীর মথল মথল লৌই হায়রম্মি "গৃহ্নাতি হীশ্বরোঽপি কার্য্যবশাৎ শরীর মন্তরা দর্শয়তি বিভূতিম্" ( ন্যায়কুসুমাঞ্জলি ) ধর্ম্মাধর্ম্মগী মশক ওইবা অদৃষ্ট হায়বসি ঈশ্বরগী মকমদা লৈত্রবস্তু জীবশিংগী অদৃষ্টনা মরম ওইহুনা মগাক্কী শরীর ওইবনি হায়না মকম অহুদা "প্রকাশ" টীকাকার বর্দ্ধমানোপাধ্যায়না হায়খি। ঈশ্বরনা বিশেষপ্রয়োজনগী মতুঙ্ ইন্না মতম মতমদা শরীর পরিগ্রহ তৌই হায়বা শ্রীমদ্ভগবদ্-গীতানচিংবা শাস্ত্রদস্তু বর্ণন তৌরি। থাক্কেশেংবমকস্তু করুণাময় ওইবা পরমেশ্বরনা ভক্তগী নিংজববু থুংহনবিনবগীদমক কয়ারক হন্না শরীর কয়া লৌবিখি অমস্তুং লৌবিরক্কনি, মরম অসিদা করিস্তু চিংনিঙাই লৈতে। তৌইগুম্বস্তুং সৃষ্টি অমস্তুং সংহারদদি শরীর য়াওবগী থোইদোক্লা কায়বা লৈতে। মহাক্লা নীংবতদা সৃষ্টি অমস্তুং সংহার তৌই হায়বসি নৈয়ায়িকনচিংবা দার্শনিকশিংগী সিদ্ধান্তনি।

বেদান্ত দর্শনদা ভগবান্ বাদরায়ণনস্তু "বিকরনত্বান্নেতি চেত্ত-দুক্তম্" ২।১।৩১ সূত্রনা দেহ অমস্তুং ইন্দ্রিয়নচিংবা লৈতবা ঈশ্বরগী মকমদা সৃষ্টিগী শক্তি লৈ হায়বসি সিদ্ধান্ত ওইনা সূচনা তৌরম্মি। থাক্কে-শেংবদি "অপাণিপাদো জবনো গ্রহীতা পশ্যত্যচক্ষুঃ স শৃণোত্যকর্ণঃ" অসিনচিংবা শ্বেতাশ্বতরোপনিষৎ ৩।৯ শ্রুতিদা দেহেন্দ্রিয় লৈতবা

ঈশ্বরগী মথক্তা সৃষ্টিগী শক্তি লৈ হায়না বর্ণন তৌরি। ভগবান্ শঙ্করাচার্য্যনসু মথক্কী বেদান্ত সূত্রগী ভাষ্যদা মথক্তা উৎখিবা শ্বেতাশ্বতরগী শ্রুতি অসি পুখত্তুনা সূত্রকার বাদরায়ণনা হায়খিবা সিদ্ধান্ত অসি সমর্থন তৌরম্মি। তৌইগুম্বসুং মধ্বাচার্য্যনচিংবা বৈষ্ণব দার্শনিকশিংনা ঈশ্বরগী অপ্রাকৃত (মায়াগা সম্বন্ধ লৈতবা) নিত্যদেহ লৈ হায়রি। মথোয়না হায়রিববু অসিনি—শ্রুতি স্মৃতি পুরাণনচিংবা শাস্ত্রদা ঈশ্বরগী প্রাকৃত ওইবা ( মায়াগা সম্বন্ধ ওইবা ) থোঙ্‌ খুৎ মীৎ নানচিংবা লৈতে অসিদমক হায়। ঈশ্বরগী করিগুম্বা শরীর অমত্তা ঈরৈমক লৈতে হায়বসিদি শাস্ত্রগী তাৎপর্য্য নত্তে। মরমদি পরব্রহ্ম নত্রগা ঈশ্বরদি জ্যোতীরূপনি। মত্তদি—"জ্যোতীদিব্যতে" (ছান্দোগ্য ১। ১৩ ) "তচ্ছুসঃ জ্যোতিষাং জ্যোতিঃ" ( মুণ্ডক ২। ২৯ ) অসিনচিংবা শ্রুতিনা খঙ্‌বা ঙম্মি। শ্রুতিগী জ্যোতিষ্‌ শব্দগী মুখ্যার্থ ( মশাগী অত্তাবা অর্থ।) থাদোক্তুনা অতোপ্পা অর্থ অমা লৌননবগী করিসু মরম লৈতে। অতুনা ঈশ্বরনা জ্যোতিঃপদার্থ ওইরবদি মহাক্কী রূপ অমা লৈফম থোকই। মরমদি জ্যোতিঃ পদার্থদি রূপ লৈতবা য়াদে। ঈশ্বরগী রূপ লৈবা তারবসু প্রাকৃতরূপতি নত্তে; অপ্রাকৃতরূপনি, প্রাকৃত চক্ষুনা মহাক্কী রূপ অত্তু উবা ফংদে।

অতোপ্প মফম অমদসু শ্রুতিনা হায়রি—"ন চক্ষুষা পশ্যতি রূপমস্য" ঈশ্বরগী রূপ থাঙ্গৈশেংনমক প্রাকৃত অমসুং অপ্রাকৃত অনীমক লৈতবা থোক্লবদি মীৎনা উগে হায়হনসু উদফম থোকই। মসিবু শ্রুতিনা অমুক হন্না ককথৎপা মতীক চাদে। "যদা পশ্যঃ পশ্যতে রুক্সবর্ণম্" "বৃহচ্চ তদ্দিব্যমচিন্ত্যরূপম্" "বিবৃণুতে তনুংস্বাম্" অসিনচিংবা শ্রুতিবাক্যশিং অসিনা ব্রহ্ম ( ঈশ্বর ) গী শরীর লৈতে হায়না

তাকপা "অশব্দমস্পর্শমরূপমব্যয়ম্" অসিনচিংব শ্রুতি লৈবগুম্না "সর্ব রসঃ সর্বগন্ধঃ" অসিগুম্বা শ্রুতিস্থু লৈ অমস্নং "অপাণিপাদো জবনো গ্রহীতা" শ্রুতি অসিস্থু লৈরি। অসিগুম্না "সর্বতঃ পাণিপাদান্তৎ সর্বতোহক্ষি শিরোমুখম্" অসিনচিংব শাস্ত্রগী প্রমাণ কয়ামুকস্থু লৈরি। অদুনা শ্রুতি অমস্নং শাস্ত্র অতৈ অতৈগী বাক্যশিংগী সমন্বয় তৌবা তারবদি মতৌ অস্নুম্না তৌবা তাই—ঈশ্বরগী প্রাকৃত শরীর লৈতে, অপ্রাকৃত শরীরদি লৈ। লৈতে হায়বা শাস্ত্রগী তাৎপর্য্যদি প্রাকৃত শরীর লৈতে হায়বনি, লৈ হায়বগী তাৎপর্য্যনা অপ্রাকৃত শরীর লৈ হায়বনি। অসি হায়রগা লৈ অমস্নং লৈতে হায়বা শাস্ত্রগী বিরোধ পরিহার ( কায়নহন্দবা ) য়াই। নঙ্গবদি শাস্ত্র অনীবু কায়নহন্দনবগী উপায় লৈতে।

গৌড়ীয় বৈষ্ণবাচার্য্য প্রভুপাদ শ্রীজীব গোস্বামীনা "ভগবৎ-সন্দর্ভ" অমস্নং মহাক্কী অনুব্যাখ্যা "সর্বসম্বাদিনী" গ্রন্থদা মথক্কী মতৌ-গুম্না মথল মথা অয়াম্বা শাস্ত্রগী প্রমাণ উল্লেখ অমস্নং বিচার তৌরগা মথক্কী সিদ্ধান্ত অসি সমর্থন তৌরম্মি। শ্রীভাষ্যকার পরম বৈষ্ণব রামানুজনা শ্রীভগবান্ বাসুদেবগী দেহদি দিব্যদেহনি অমস্নং অপ্রাকৃত রূপনি হায়না য়াথি। বেদান্ত দর্শনগী "অন্তস্তদ্ধর্ম্মোপদেশাৎ" (১।১। ২১) সূত্রগী ভাষ্যদা য়েংবিয়ু। মধ্বাচার্য্যনস্থু "রূপোপন্যাসাচ্চ" ১।১। ২৩ ) সূত্রগী ভাষ্যদা ব্রহ্মগী অপ্রাকৃত রূপ লৈ হায়না সমর্থন তৌরগা মতুংদা "অস্তবত্বমসর্বজ্ঞতাবা" ( ২।২।৪১ ) সূত্রগী ভাষ্যদা ব্রহ্মগী বুদ্ধি, মন অমস্নং অঙ্গ প্রত্যঙ্গনচিংবা লৈ হায়বসি মথল মথা অয়াম্বা শাস্ত্রগী প্রমাণনা সমর্থন তৌরম্মি। অসিগুম্না অতৈ বৈষ্ণব দর্শনিক-

শিংনস্তু শ্রীভগবান্‌গী অপ্রাকৃত রূপ অমশুং অপ্রাকৃত শরীর স্বীকার তৌখি।

শ্রীজীব গোস্বামীনা অনুমান প্রমাণনা মথকী মত অসি সমর্থন তৌগে হায়বগীদমক অনুমান অমা তৌরম্মি—"ঈশ্বরঃ সবিগ্রহঃ জ্ঞানেচ্ছা প্রযত্নবৎ-কর্ত্তৃত্বাৎ কুলালাদিবৎ, সচ বিগ্রহো নিত্যঃ ঈশ্বর কারণত্বাৎ জ্ঞানাদিবৎ" ইতি ভগবৎসন্দর্ভঃ। ঈশ্বর হায়বসি জ্ঞান ইচ্ছা প্রযত্ন লৈবা কর্ত্তা ওইবনিনা বিগ্রহ লৈবনি, বিগ্রহ য়াওদনা কনাস্তু কর্ত্তা ওইবা ঙমদে।

কর্ত্তা ওইরবদি শোয়দনা মহাকী বিগ্রহ লৈগনি। চক্কু শাবা মীনা মাগী দৃষ্টান্তনি। ঈশ্বরগী শরীর নিত্যনি মরমদি মহাকী জ্ঞান ইচ্ছনাচিংবগুম্না মহাকী কার্য্য ( তৌগদবা মথৌ ) গী কারণ অমনি। অহুনদি মহাকী শরীর অহুনা অনিত্য ওইরবদি অনাদি সৃষ্টিগী সাধন ( করণ ) ওইবা য়াদে।

তৌইগুম্বস্থুং ঈশ্বরগী দেহ অসি পরিচ্ছিন্ন ওইহুনস্তু অপরিচ্ছিন্ননি। শ্রীজীব গোস্বামীনা "সর্বসংবাদিনী" গ্রন্থদা ইরম্মি—'তস্য শ্রীবিগ্রহস্য পরিচ্ছিন্নত্বেঽপি অপরিচ্ছিন্নত্বং শ্রূয়তে, তচ্চ যুক্তম্ অচিন্ত্য শক্তিত্বাৎ" মত অসিদা শ্রীবিগ্রহ অমস্থুং হস্তপাদনচিংবা পুম্নমক সচ্চিদানন্দগী মশক্তি, ঈশ্বরদগী তোঙানবস্তু নত্তে, শ্রীবিগ্রহ অহুমক ঈশ্বরনি ; দেহ অমস্থুং দেহীগী ভেদ লৈত্তে, ঈশ্বর অহুমক শ্রীবিগ্রহনি।

মত অসিদা তৌগদবা আপত্তি অমা লৈরি—মত অসিগী প্রমাণবু ভক্তশিংগী অনুভব-ত্তনি হায়রবদি করিগুম্বা তর্কবিচারনচিংবা অমত্তা তৌননিঙাই লৈত্তে। তৌইগুম্বস্থুং শ্রীজীব গোস্বামীনচিংবনা মখল মথা অয়াম্বা বিচার তৌরগা অতোপ্পগী মত ককথহুনা মথকী মত অসি

লেপশ্রবনিনা মখোয়গী মত অসিমস্থু বিচার কয়ামুক্তি তৌননিঙাই লৈরিবোইরে খণ্ডিত। ঈহান হানবদা তৌগদবা কিচারদি অসিনি—ঈশ্বরগা বিগ্রহগা পোৎশক অমত্তা ( অভিন্ন ) ওইরবদি, অপরিচ্ছিন্ন ওইবা ঈশ্বরগী বিগ্রহনা করম্বা পরিচ্ছিন্ন ওইগনি ? মথক্কী অচিন্ত্য শক্তিগী মহিমানা মীনচিংববু দৃষ্টান্ত ( খুদম ) ওইনা থমহুনা ঈশ্বরনা কর্ত্তা অমা ওইবনিনা মহাক্কী বিগ্রহ অমা লৈ হায়হুনা অনুমান করম্না য়াফম থোকই ? অচিন্ত্য শক্তিগী মহিমানা বিগ্রহ ইয়াও য়াওদনা ঈশ্বরনা কর্ত্তা ওইবা য়াদে হায়রবদি কর্ত্তা ওই হায়বগীদমক মহাক্কী বিগ্রহ অমা লৈফম থোকই হায়দুনা তৌখ্রিবা অনুমান অসিনা বিগ্রহ সিদ্ধ তৌবা ঙমদে। চক্ষু শাবা মীগী মতৌগুম্না জগৎ কর্ত্তা-ঈশ্বরগীস্থু দেহ অমা লৈফম থোকই হায়হুনা জগৎ কর্ত্তা ঈশ্বরগীস্থু দেহ অমা লৈফম থোকই হায়বা অনুমান তৌবা তারবস্থু মহাক্কী দেহ অহু মঙোন্দগী তোঙানবা অমস্থুং জড় ওইবা দেহ ওইফম থোকই। মরমদি দেহ অমা লৈতবা য়াদে হায়রিববু অতৈগী করিগীস্থু নত্তে কর্ত্তানি হায়বা য়ানবগীদমক্কি। অহুগুম্বা দেহ অহুদি কর্ত্তাদগী তোঙানবা পোৎশক ওইহুনা লৈ। অহুনদি কর্ত্তা ওইবা মরম্না মঙোন্দগী তোঙান্দ্রবা দেহ অমা করিস্থু লৈবা য়াদ্রে, মথক্কী মত অসিদা ঈশ্বরগী দেহ অসি মঙোন্দগী তোঙান্দ্রবস্থু মহাক্কা তৌবা থবক্কদি করণ অমনি। তৌই-গুম্বস্থুং ঈশ্বরগী অপ্রাকৃত ওইবা ঈশ্বর মহাকমক্কি হায়বস্থু য়ারিবা মীৎ-নানচিংব পূম্নমক অহু ঈশ্বরগী য়েংবতাবনচিংবা থবক্তা করণ অমা ওইনা লৌবনিনা "পশ্যত্যচক্ষুঃ স শৃণোত্যকর্ণঃ" অসিনচিংবা শ্রুতি বাক্যগী উপপত্তি করম্না তৌগনি ? অসিমস্থু বিচার তৌনিঙাই মরম অমনি।

তৌইগুম্বস্নুং মহাক্না করিগুম্বা মথলগী মীৎনানচিংবা লৈ অমস্নুং মহাক্না অঙ্গ পূয়মক সর্বেন্দ্রিয়বৃত্তিবিশিষ্ট ওই হায়রবস্নু মহাক্না য়েংব-তাবনচিংবা থবক্না করিগুম্বা সাধন অমত্তা লৈতে হায়বা য়ারোই। শ্রীজীব গোস্বামীনস্নু ঈশ্বরগী দেহবু মহাক্না থবক্তা করণ ( সাধন ) নি হায়রগা দেহ অসিবু নিত্যনি হায়না অনুমান প্রমাণনা লেপখি। তৌইগুম্বস্নুং ঈশ্বরগী মশামক্লি হায়রিবা দেহ অদুদা অপ্রাকৃত ওইবা চক্ষুনচিংবা ইন্দ্রিয় লৈ, অদুমকস্নু ঈশ্বরগী মশক্লি, সচ্চিদানন্দময়নি হায়রি। অদু ওইরবদি মহাকপু দেহ ইন্দ্রিয়নচিংবা মমীং থোল্লবগী কায়বা করিনো ? অমস্নুং অদুদা দেহ ইন্দ্রিয়নচিংবগী করম্বা লক্ষণ লৈ ? অসিমস্নু বিচারগী বিষয় অমনি। হায়খ্রিবা মত অসিদা ভক্ত-শিংনা সচ্চিদানন্দময় ওইবা ভগবান্গী চরণ সেবা তৌজবদনা পরম পুরুষার্থনি নীংহুনা সাধনানা ময়ম ওইহুনা মাগী পার্ষদ ওইহুনা চরণ সেবা তৌই। হায়রিবা চরণ অসি মাগী মশামক্লি হায়রি। অদুনদি মীওইবগী চরণগুম্না সম্বাহন ( নোইবা ), প্রক্ষালন ( হাম্বা ) অসিন-চিংবা সেবাগী মতীক চাবা নত্রে, অদু ওইরবদি ভক্তশিংনা চরণ সেবাবু মতৌ করম্না তৌগদৌরি ? অসিমস্নু বিচারগী বিষয় অমনি।

সচ্চিদানন্দময় ওইবা মাগী সেবা অদুতবু চরণ সেবা কৌই হায়-রবস্নু চরণ সেবা অদুগী মশক করিনো ? হায়কম থোকই। আনন্দময় বিগ্রহ অদুদা থোইদোক হেন্দোক্লা প্রেম হাপচবা অদুবু চরণ সেবা কৌই হায়রবস্নু চরণ শব্দগী মুখ্যার্থ থাদোকপা তারি। অদু ওইরবদি ভক্ত বিশেষশিংগী সাধনা বিশেষ অদুগীদমক অমস্নুং মথোয়না পামজ-রিবা প্রেম ব্যঞ্জনবগীদমক শাস্ত্র বিশেষদা ভগবান্গী দেহনচিংবগী

বর্ণন তৌথিৱনি। শাস্ত্রশিং অতুগী তাৎপর্য্যাদি মুখ্যার্থদা লৈরে অসিমু থঙ্বা য়াই।

শ্রীজীব গোস্বামীনচিংবনসু শাস্ত্র বাক্যশিং অসিগী মচি খুদিং-মক্তা মুখ্যার্থ ওইনা লৌবা ওমদে। মথোয়না আদি কর্ত্তা পরমেশ্বরগী দেহনচিংবা লৈ হায়না য়ারগা মতুবু সচ্চিদানন্দগী মশক্তি হায়খি। মহাক্কী অপ্রাকৃত ওইবা হস্তপাদ (খোং-খুৎ) নচিংবা লৈ হায়না য়ারগা অমুকসু মতুবু ভগবান্‌দগী অতোপ্পনি হায়রমদে। মথোয়না সিদ্ধান্ত অসি সমর্থন তৌবা ভাবদা শাস্ত্রগী মথক মথা য়ায়বা ৱাহৈগী গৌণার্থ ঙাক্তা লৌবতাখি। শাস্ত্রগী বিচার তৌতুনা সিদ্ধান্ত অসি সমর্থন তৌবা তারবদি অমসুং থঙ্বা তারবদি বিচার অতৈ অতৈসু থঙ্ক্‌ম খোকই হায়বসি হায়জখ্রে। বৈষ্ণবদার্শনিকশিংনা বিচার অতু তৌবিগদবনি। ঐখোয়না হৌজিক জীব অমসুং ব্রহ্মগী ভেদবাদ অমসুং অভেদবাদগী মরমদা খরদং নৈনজরগে।

মথক্তা হায়খ্রে ভাষ্যকারনা গৌতমগী সিদ্ধান্তবু প্রকাশ তৌনবা লাক্লবদা ঈশ্বরবু আত্মান্তরনি হায়রগা মতুঙ্‌দা মহাক্কী ব্যাখ্যা তৌরগা ঈশ্বরবু জীবাত্মাদগী অতোপ্পা অমনি হায়না সিদ্ধান্ত প্রকাশ তৌখি। থাঙ্গেশেংবা মহর্ষি (গৌতম) গী সিদ্ধান্ত অসিনি হায়বা থঙ্বা ওন্মি। মরমদি মহাক্না ৩শুবা অধ্যায়গী ১বা আহ্নিকদা অতুগুম্বা যুক্তিশিং অতুনা জীবাত্মা অসি দেহনচিংবদগী তোঙানবনি অমসুং নিত্যনি হায়না সমর্থন তৌখিবা অমসুং ২শুবা আহ্নিকগী ৬৬ অমসুং ৬৭ শুবা সূত্রদা অতুগুম্বা যুক্তি বিচারনা মহাক্কী সিদ্ধান্তদা দোষ কয়ামুক ঙাকথোক-খিবা, অতুগুম্বা যুক্তিশিং অতুমক্তা মহাক্কী মতদা জীবাত্মা অসি হকচাং খুদিংদা তোঙান তোঙান্না লৈবনি হায়বা থঙিঙ। তৌইগুম্বসুং আত্মা

অমত্তুনা হকচাং খুদিংমক্তা লৈরবদি অরাবা অমসুং মুত্তণাইবা মতমদা হকচাং খুদিংদা অরাবা অমসুং মুত্তণাইববু থণ্ডক্রিবা করিগীনো ? আপত্তি অসিগী পাউখুম ওইনা আত্মা অমত্তনি হায়বা সম্প্রদায়না হায়রি—জ্ঞান অমসুং সুখদুঃখনচিংবদি আত্মাগী ধর্ম্ম নত্তে, আত্মাগী উপাধি ওইবা অন্তঃকরণগী ধর্ম্মনি। মরম অসিনা আত্মা অমত্তা ওইরবসু অন্তঃকরণদি হকচাং খুদিং তোঙান্নবনিনা অন্তঃকরণ অমদা সুখদুঃখনচিংবা পোক্লবসু অতোপ্পা অন্তঃকরণ অমদা পোক্তবনিনা মদুবু অনুভব তৌদে। তৌইগুম্বসুং মহর্ষি গৌতমনা ন্যায়দর্শনগী ৩শুবা অধ্যায়দা জ্ঞান ইচ্ছা অমসুং সুখদুঃখনচিংববু জীবাত্মাগী গুণনি হায়না সমাধান তৌননবগীদমক পূন্নমক অসি অন্তঃকরণগী গুণ নত্তে হায়না হায়খি। অদুনদি মহাক্কী মতদা হকচাং খুদিংদা থাঙ্গৈশেংনা তোপ্পা তোপ্পা লৈবা নত্তনা মহাক্কী সুখদুঃখনচিংবগী ব্যবস্থা অসিগী অকায়বা মেনশিনবা য়ারোই। মরম অদুনদি গৌতমগী মতদা জীবাত্মা শরীর খুদিংগী তোঙান তোঙানবনি, অদুনা অসঙ্খ্যনি হায়বসি থোই-দোক্না চিংননিঙাই লৈত্তে। অদু ওইরবদি তোঙান তোঙান্নরবা অমসুং অসঙ্খ্য ওইবা জীবাত্মাদগী অমদগী হেন্দ্রবা ব্রহ্ম (ঈশ্বর) না তোঙান্দে হায়বসি করিগুম্বা যুক্তি বিচার অমনা ওইবা য়াদবনিনা গৌতমগী মতদা জীবাত্মা অমসুং ঈশ্বর থাঙ্গৈশেংনা তোঙান্নবনি হায়বসি য়াফম থোক্লে। মরম অসিনা ৩শুবা অধ্যায়দা আত্মতত্ত্ব বিচারদা মা কন্না-মুক হায়খ্রে।

অদ্বৈতবাদী ভগবান্ শঙ্করাচার্য্যনা হায়খি—জীবাত্মা অমসুং ব্রহ্মাগী করিগুম্বা ভেদ অমত্তা শূপ্পমক লৈত্তে হায়বা নত্তে। ব্রহ্ম সাক্ষাৎকার ওইক্রিবা কাওবদি জীবাত্মা অমসুং ব্রহ্মাগী ভেদ শোয়দ-

নমক লৈক্ষম থোকই, তৌইগুম্বস্মুং হায়রিবা ভেদ অসি অবিদ্যাদগী থোকখিবনি ঔপাধিকনি, অচুনা থাঙ্গেশেংবা ভেদ নত্তে। মহাক্কী খুদমদি আকাশ, থাঙ্গেশেংবা অমত্তা ওইরবস্মু ঘটাকাশ পটাকাশ হায়বা মমীংদা তোঙান তোঙানবা আকাশবু কল্পনা তৌই, ঘটাকাশদগী পটাকাশনা থাঙ্গেশেংনা তোপ্প্রবস্মু ঘট অমস্মুং পট হায়বা উপাধি অনী অসিগী তোঙান্নবগী মতুঙ ইন্না আকাশ তোঙান্নৈ হায়নৈ।

অচুগুম্না জীব অমস্মুং ব্রহ্মগী থাঙ্গেশেংবা ভেদ লৈত্রবস্মু অবিদ্যানচিংবা উপাধিগী মতুঙ ইন্দুনা ভেদ ব্যবহার তৌই। জীবাত্মানা সংসারদা লৈরিঙৈ মতমদা অবিদ্যোপাধিদগী ওইবা ভেদ-জ্ঞানদগী ভেদমূলক উপাসনানচিংবা ওইরি। ব্রহ্মসাক্ষাৎকার ওইরগা মতম অচুদা অবিদ্যা মাঙখ্রবনিনা অবিদ্যাদগী পোকখিবা ভেদ অচুস্মু মাঙথি। শ্রুতি স্মৃতিশিংনা জীব অমস্মুং ব্রহ্মগী ভেদ তাক্লিবা অচু থাঙ্গেশেংবা ভেদ নত্তে, উপাধিমক্তনা ওইবা ভেদনি। মরমদি, "তত্ত্বমসি" "অয়মাত্মা ব্রহ্ম" "সোঽহম্" "অহং ব্রহ্মাস্মি" বেদ মরিগী মহাবাক্য মরিনা অমস্মুং শ্রুতি স্মৃতিনচিংবা প্রমাণনা জীব ব্রহ্মগী থাঙ্গেশেংনা ভেদ লৈত্তে হায়বা থখিং। উপনিষৎতা জীব অমস্মুং ব্রহ্মগী অভেদ তাক্লিবশিং অচু উপক্রম উপসংহারনচিংবা নৈনরুরগা জীব অমস্মুং ব্রহ্মগী থাঙ্গেশেংবা অভেদদা তাৎপর্য্যনি হায়গনি। উপনিষৎতা জীব অমস্মুং ব্রহ্মগী অভেদ দর্শনবু অবিদ্যানি বৃত্তিগী অমস্মুং মোক্ষগী কারণ ওইনা তাকপনা অনীমক্কী থাঙ্গেশেংবা অভেদ-তনা বাস্তবতত্ত্ব (থাঙ্গেশেংব) নি, ভেদদি মিথ্যা কল্পিতনি হায়না লেপ্পি।

জীব অমস্মুং ব্রহ্মগী ভেদ লৈ হায়বা অতৈ অতৈ সম্প্রদায়নদি

মথক্তা হায়খ্রিবা অদ্বৈতবাদ (জীব অমস্তুং ব্রহ্মগী ভেদ লৈতে হায়বা)বু য়াদে। মথোয়না উপনিষদ্‌কী তাৎপর্য্য বিচার তৌরগা জীব ব্রহ্মগী অশেং অশেংবা মশক উৎলি। মথোয়না হায়রিবা য়াদি অসিনি—মুণ্ডকোপনিষদ্‌কী অহৌবদা "দ্বা সুপর্ণা সযুজা সখায়া" অসিনচিংবা অহানবা শ্রুতিদা দেহগী মশক ওইরিবা উপাল অমদা উচেক অনীগী য়া হায়রগা মতুঙদা অমনা কর্ম্মগী ফল ভোগ তৌই অমস্তুং অমনা তৌদে, মহাক্তি অয়েংবা ওইবদনি হায়রি। অদুনা জীব ব্রহ্মবু তোঙাম্নবা উচেক অনীগুম্না হায়রহনি। অদুনা অনী আসদি থাঙ্গৈ-শেংনা তোঙাম্নবনি হায়বা তরং তরংনা খঙবা ঙম্মি, নত্রব'দ "অন্য" শব্দ অনীবু প্রয়োগ তৌবগী কান্নবা লৈরোই। অদুগী মতুঙদা মুণ্ড-কোপনিষদ্‌কী মফম অসিমক্তদা অনীশুবা শ্রুতিগী পরার্দ্ধদা "জুষ্টং যদা পশ্যত্যন্য মীশমস্য মহিমানমিতিবীতশোক" য়াহৈ অসিনা ঈশ্বর-না জীবদগী তোঙাল্লি হায়বস্তু তাক্লি। শ্রুতি অসিদস্তু "অন্য" শব্দগী মতৌ করম্না সার্থকতা ( কান্নফম ) লৈগদগে ? থনফম থোকই। অদুগী মতুঙদা অহুমশুবা শ্রুতিনা হায়রি—"যদা পশ্যঃ পশ্যতে রুক্ম-বর্ণং কর্ত্তারমীশং পুরুষং ব্রহ্মযোনিং। তদা বিদ্বান্ পুণ্যপাপে বিধূয় নিরঞ্জনঃ পরমং সাম্যমুপৈতি" শ্রুতি অসিনা ব্রহ্মদর্শী ওইরবা জীবনা ব্রহ্মগা মান্নৈ হায়বা য়াহৈ অসিনা জীব ব্রহ্ম অনী অসি থাঙ্গৈশেংনা তোঙাম্নবনি তাকই। শ্রুতি অসিদা য়াওরিবা "সাম্য" শব্দগী অর্থদি সাদৃশ্য ( মান্নবগী মতৌ মখোঙ ) হায়বনি। অসিনবু অভিন্নতা (তোপ্পবা) অর্থ লৌরবদি লক্ষণা বৃত্তি স্বীকার তৌবা তাখ্রে। তৌইগুম্-স্তুং "সাম্য" শব্দগী তোপ্পবা অর্থ লৌনবগীদমক লক্ষণা তৌবস্তু চুমদে, মরমদি—"সাম্য" শব্দ প্রয়োগ তৌরহগী থোইদোকপা কান্নফম

লৈতে। নিংথৌগা মান্নবা নিপাবু "রাজা" হায়রগা লক্ষণা বৃত্তিনা নিংথৌগা মান্নবা অর্থ অসি খণ্ডই; অমস্তুং রাজা হায়না প্রয়োগ তৌনৈ থাঙ্গৈশে'বা নিংথৌবু নিংথৌগা মান্নবা হায়না প্রয়োগ তৌরগা মাগী অর্থ লক্ষণা বৃত্তিনা "নিংথৌ" হায়না করিস্থ খণ্বা য়াদে, অদুগা অসিগুম্বা প্রয়োগস্থ কনাস্থ তৌনদে। অদুনা মথক্কী "সাম্য" শব্দগী মুখ্যার্থ ওইবা মান্নবা হায়বসি খংবনা চুম্মি। খণ্ডবা তারবনিনা জীব অমস্থু ব্রহ্মগী ভেদ থাঙ্গৈশেংবমক্কি হায়বসি শোয়দনা খণ্ডিও। মরমদি থাঙ্গৈশেংনা তোঙানদনদি পোৎশক অনী অদু মান্নে হায়বা য়াদে। ব্রহ্মদর্শী ওইবা জীবনা ব্রহ্মগী সাদৃশ্য ফংই হায়বা অসিভনা মথক্কী শ্রুতিগী তাৎপর্য্যনি। তাৎপর্য্য অসি "ইদং জ্ঞানমুপাশ্রিত্য মমসাধর্ম্ম্য মাগতাঃ"। সর্গেঽপি নোপজায়ন্তে প্রলয়ে ন ব্যথন্তিচ॥ (গীতা ১৪।২) শ্রীভগবান্গী বাক্য অসিদা য়াওরিবা সাধর্ম্ম্য শব্দগী অর্থদি মান্নবগী মরোও-মতৌ হায়বনি অভিন্নতা (তোঙান্নদবা নত্তে)।

ভগবান্ শঙ্করাচার্য্যনস্থ সাধর্ম্ম্য শব্দগী অর্থ মান্নবনি য়ারগা গীতাগী শ্লোক অসিগী ভাষ্যদা মশাগী মত মতুঙ ইন্না "সাধর্ম্ম্য" শব্দগী মুখ্যার্থ লৌবা য়াদে অমস্থুং মদুগী মরম তাক্লম্মি। তৌইগুম্বস্থুং "সাধর্ম্ম্য" শব্দগী মুখ্যার্থ লৌত্রবদি শ্লোক অসিদা সাধর্ম্ম্য শব্দ প্রয়োগ তৌরুবগী করিস্থ কান্নবা লৈতে, অমস্থুং ব্রহ্মদর্শী ওইবা জীবনা ব্রহ্মদগী তোঙানবা নত্রবদি শ্লোক অসিগী "সর্গেঽপি নোপজায়ন্তে প্রলয়ে ন ব্যথন্তিচ" পরার্দ্ধ অসিগী কান্নফম করিস্থ লৈতে। তৌই-গুম্বস্থুং "সাধর্ম্ম্য" শব্দগী মুখ্যার্থ লৌরবদদা শ্লোক পরার্দ্ধ অসিগী কান্নফম লৈ। মরমদি ব্রহ্মদর্শীমুক্ত জীবনা ব্রহ্মগা মান্নে হায়বসি মরোও করম্না মান্নবনো হায়বদু খণ্ডহনগে হায়বগীদমক পরার্দ্ধ অসি

হায়রম্বনি হায়বদি ব্রহ্মদর্শী ওইরবা মুক্ত পুরুষদি অনৌবা সৃষ্টিদসু দেহনচিংববু অমুক লৌত্রে (পোক্তে) অমসুং প্রলয়গী মতমদসু অরা অনা ফংত্রে। ব্রহ্মদর্শনগী ফলনা মহাক্কী অদৃষ্ট পুম্নমক কোকথিহনা মহাক অমুক হন্না পোকপা অমসুং অরা অনা নংবা য়াদে অসিনি—ব্রহ্মগা মান্নবা হায়ববু।

জীবগা ব্রহ্মগা মান্নদবনিনা জগৎ সৃষ্টিনচিংবা থবক জীবনা তৌবা ঙমদে, ঈশ্বরদনা ঙম্মি। হৌজিক্তি মুণ্ডকোপনিষদ্‌কী "সাম্য" শব্দ অমসুং ভগবদ্‌গীতাগী "সাধর্ম্ম্য" শব্দনা মুক্তিগী মতমদসু জীব অমসুং ব্রহ্মগী মশক অসি তোঙানৈ হায়বা তারবনিনা "ব্রহ্ম বেদ ব্রহ্মৈব-ভবতি" অসিনচিংবা শ্রুতিদা হায়রিবসি ব্রহ্মজ্ঞানী মুক্ত পুরুষনা মথক্তা হায়খ্রিবা ব্রহ্ম সাদৃশ্য ফংবসিমক্তবু হায়বনি থণ্ডনগনি। হন্দক্কী মান্নবসি চুম্নগী মান্নবা নত্তে, ব্রহ্মমক্তি হায়বা ফাউবা য়ানা মান্নবনি থণ্ডহনগে হায়বগীদমক "ব্রহ্মৈব" হায়বনি। কনাগুম্বা নিপা অমনা মচাক মরল য়াম্না লৈবা অমসুং মতীক মগুণ য়াম্না লৈবা ওইরবদি—মহাকপু "রাজৈব" নিংথৌমক্তি হায়নৈ। অসিগুম্না ব্রহ্মজ্ঞানী ওইরবা নিপা অদুবু শ্রুতিনা "ব্রহ্মৈব" ব্রহ্মমক্তি হায়বনি। চুম্নগী মান্নবা নত্তে ব্রহ্মমক্তি হায়বা ফাওবা য়ানা মান্নবনি থণ্ডহনগে হায়হনা অসিগুম্বা প্রয়োগ অসি মমাঙৈঙদগী হৌনা তৌনরক্তি। অশেংবা নিংথৌবু উরগা কন' অমত্তনসু "রাজ সাধর্ম্ম্য মাগতঃ" হায়না প্রয়োগ তৌনদে।

মীমাংসাচার্য্য পার্থসারথি মিশ্রনসু "শাস্ত্রদীপিকা"গী তর্কপাদ-দা সাংখ্য মত ব্যাখ্যা তৌরকপদা অমসুং মফম অতৈদা মশাগী মত সমর্থন তৌরকপদা মথক্কী "নিরঞ্জনঃ পরমং সাম্যমুপৈতি" হায়বা শ্রুতি অমসুং ভগবদ্ গীতাগী "মম সাধর্ম্ম্য মাগতাঃ" বাক্য অসিদা

"সাম্য" অমসুং "সাধর্ম্ম্য" শব্দগী মুখ্যার্থ লৌহুনদা জীবাত্মা অমসুং পরমাত্মাগী থাঙ্গেশেংনা ভেদ লৈ হায়বা মত অসি য়াথি। মহাক্না মহু সমর্থন তৌরকপদা "উত্তমঃ পুরুষস্ত্বন্যঃ পরমাত্মেত্যুদাহৃতাঃ" গীতা (১৫।১৭) অসিনচিংবা ভগবদ্ বাক্যবু প্রমাণ ওইনা উৎলম্মি। সিদ্ধান্ত অসি সমর্থন তৌরকপদা রামানুজনচিংবা আচার্য্যশিংনসু মথক্কী ভগবদ্ বাক্যবু প্রমাণ ওইনা উৎলম্মি। পার্থ সারথি মিশ্রনসু অমসু হায়থি—"মমৈবাংশো জীবলোকে জীবভূতঃ সনাতন," (গীতা ১৫।৭) শ্লোকার্দ্ধ অসিদা জীববু ঈশ্বরগী অংশনি হায়রি ; জীব অমসুং ব্রহ্মগীত ভেদ শুপ্পমক লৈতে হায়বা নত্তে।" হায়রিবসিগী তাৎ-পর্য্যদি অসিনি—ঈশ্বরনা মপুনি, জীবনা মাগী মনাইনি। নিংথৌগী থবক পুবা অওম অথৌশিংবু নিংথৌগী অংশনি হায়বগুম ঈশ্বরনা য়াবা থবক তৌবা জীবশিংবু ঈশ্বরগী অংশনি হায়বনি। থাঙ্গেশেংনা অখণ্ড ওইবা অমসুং অদ্বিতীয় ওইবা ঈশ্বরগী অংশ নত্রগা খণ্ড লৈবা হৌনদে। অদুনা ভগবদ্গীতাগী শ্লোক অসিদা য়াওবা অংশ শব্দগী মুখ্যার্থ কনা অমত্তনা লৌবা য়ারোই, গৌণার্থমক্তবু লৌগনি।

মরু ওইবা রাবু অসিনি—জীব অমসুং ব্রহ্মগী থাঙ্গেশেংবা ভেদ লৈ হায়না য়ারিবা সম্প্রদায়শিংনসু উপনিষদ্, গীতা অমসুং ব্রহ্মসূত্রগী বিচার মুন্না ভৌরগা মশাগী মত সমর্থন তৌথিবনি। মথোয়না মশা মশাগী মত সমর্থন ভৌবদা মথক্কী "দ্বা সুপর্ণা" অসিনচিংবা (মুণ্ডক) শ্রুতি অমসুং জ্ঞাজ্ঞৌ দ্বাবজাবীশানী শৌ" অসিনচিংবা (শ্বেতাশ্বতর ১।৯। শ্রুতি) "জুষ্টং যদা পশ্যত্যন্য মীশমস্য" অমসুং "নিরঞ্জনঃ পরমং সাম্য মুপৈতি" (মুণ্ডক) শ্রুতি, অমসুং "উত্তমঃ পুরুষস্ত্বন্যঃ পরমাত্মেত্যুদাহৃতঃ" অমসুং "ইদং জ্ঞানমুপাশ্রিত্য মমসাধর্ম্ম্য

মাগতাঃ” ভগবদ্গীতা বাক্য অমস্তুং “ভেদব্যপদেশাচ্চান্যঃ” ( ১ । ১ । ২১ ) অধিভেদনির্দ্দেশাৎ ( ২ । ১ । ২২ ) অসিনচিংবা ব্রহ্মসূত্রগী অমস্তুং শাস্ত্র কয়াগী বাক্যশিংবু প্রমাণগী মশক ওইনা উৎলন্মি।

জীব অমস্তুং ব্রহ্মগী থাঙ্গৈশেংবা ভেদ লৈরবদি “তত্ত্বমসি” অসিনচিংবা শ্রুতিদা জীব অমস্তুং ব্রহ্মগী অভেদ ওইনা বর্ণন তৌরিবা অমস্তুং ‘সর্বং খল্বিদং ব্রহ্ম” অসিনচিংবা শ্রুতিদা জগৎ পুম্নমকপু ব্রহ্মমক্তী মশক্কি হায়না তাক্লিবসি করম তৌনা সমাধান তৌগনি হায়-বগী পাউখুম ওইনা নৈয়ায়িক সম্প্রদায়না হায়রি—জীবনা মশাবু ব্রহ্মমক্তী মশক নত্তগা ব্রহ্মমক্কি হায়না উপাসনা তৌনবগীদমক “তত্ত্ব-মসি” অমস্তুং “সর্বং খল্বিদং ব্রহ্ম” অসিনচিংবা শ্রুতি হায়রম্বনি। ছান্দোগ্যোপনিষৎতা “সর্বং খল্বিদং ব্রহ্ম তজ্জলানিতি শান্ত উপাসীত” ( ৩ । ১৪ ) শ্রুতি অসিদা “উপাসীত” ক্রিয়া পদ অসিনা মতৌ অস্তুম তৌনা উপাসনা তৌগনি তাক্লি। ব্রহ্ম নত্তববু ব্রহ্মনি হায়না উপাসনা ( ভা-ব-না ) তৌগদবনি হায়বা ছান্দোগ্যোপনিষৎকী ৭শুবা অধ্যায়দা অমস্তুং অতৈ মকম কয়ামুক্তস্তু হায়খ্রিবনি, মসি অদ্বৈতবাদী সম্প্রদায়নস্তু য়ারি। “মনো ব্রহ্ম ইত্যুপাসীত” “আদিত্যো ব্রহ্ম ইত্যুপাসীত” অসিনচিংবা শ্রুতিদা থাঙ্গৈশেংনা ব্রহ্ম নত্তববু ব্রহ্মনি হায়না ভা-ব-না তৌননবা তাকপা তরং তরংনা উরি খণ্ডিও। বৃহদারণ্য-কোপনিষৎকীস্তু মকোক্তগী হৌনা অসিগুম্বা ভা-ব-না (উপাসনা) মথল মথল ওইনা তাক্লি হায়বসিস্তু অশেংনা খণ্ডিও। অতুনদি ছান্দোগ্য অমস্তুং বৃহদারণ্যকোপনিষৎকী উপক্রম অমস্তুং উপসংহারনস্তু “তত্ত্ব-মসি” “অহং ব্রহ্মাস্মি” অয়মাত্মা ব্রহ্ম” “সোঽহম্” “সর্বং খল্বিদং ব্রহ্ম”

অসিনচিংবা শ্রুতিদা মথক্তা হায়খ্রিবা উপাসনা মথল মথলগী মরোঙ তাকপনি, থাঙ্গেশংবা তত্ত্বদি তাকপা নত্তে, অসিমখৈদং খঙ্‌বা ওল্মি। বেদান্তদর্শনগী চতুর্থাধ্যায়গী অগানবা পাদগী ৩। ৪। ৫। ৬ শুবা সূত্রদা মথক্কী উপাসনা মথল মথলগী বিচার তৌখি। পুম্নমক অসি নৈনরুরগা থোক্লিবা য়াবু অসিনি—"তত্ত্বমসি" "অহং ব্রহ্মাস্মি" 'সোহহম্' অসিনচিংবা শ্রুতি বাক্যনা জীববু ব্রহ্মমক্লি হায়না উপাসনা তৌগনি হায়না তাক্লি। অদ্বৈতবাদী সম্প্রদায়গী মতদা জীব অমসুং ব্রহ্মগী অভেদতনা সত্যনি, ভেদদি আরোপ তৌশিনবনি। তৌই-গুম্বসুং নৈয়ায়িক সম্প্রদায়গী মতদনা ভেদতনা সত্য (অচুম্ব) নি, অভেদদি আরোপ তৌবনি। অদুনা মথোয়গী মতদা মশাগী আত্মাদা ব্রহ্মগী থাঙ্গেশংবা অভেদ লৈত্রবসু মুক্তি ফংনিংবা সাধকনা মশাগী আত্মাদ. ব্রহ্মগী অভেদারোপ তৌদুনা "অহং ব্রহ্মাস্মি" "সোহহম্" অসিগুম্বা ভাবনা (উপাসনা) তৌগনি। মহাক্কী অসিগুম্বা উপাসনা অমসুং বস্তু পুম্নমক্তা ব্রহ্ম ভাবনাগী মশক ওইবা উপাসনানা রাগ দ্বেষনচিংবগী ময়েং তাহন্দুনা চিত্তশুদ্ধিগী থোইদোক্লা মতেঙ পাংবিদুনা মুক্তি ফংননবগী মতে৺ য়াম্না পীরি। অসিগীদমক শ্রুতিদা মথক্কী উপাসনা মথল অসি হায়খিবনি।

মীমাংসক সম্প্রদায় বিশেষনসু "তত্ত্বমসি" অসিনচিংবা শ্রুতি বাক্যনা তাক্লিবা অসিদি উপাসনা মথলবুনি হায়রম্মি। মথোয়গী মতদা মথক্কী শ্রুতি পুম্নমক অসি উপাসনা বিধিগী অর্থবাদনি। বিধি বাক্যগা লোয়ননা একবাক্যতা তৌরবতদা "তত্ত্বমসি" অসিনচিংবা ভূতার্থবাদগী প্রামাণ্য ওই। নত্রবদি বাক্যশিং অসিগী প্রামাণ্য ওইবা ইয়া য়াদে। মৈত্রেয়ী উপনিষৎকী অনীশুবা অধ্যায়গী অহৌবদা

"সোঽহং ভাবেন পূজয়েৎ" বিধি বাক্য অসিনা অমসুং ইত্যেবমাচ-
রেদ্ধীমান্" বিধিবাক্য অসিনসু মথক্কী উপাসনা অসি তৌগনি হায়বত্তবু মতাকপনি। মরম অসিনা মফম অদুদা জীব অমসুং ব্রহ্মগী অভে-
দবু থাঙ্গৈমক শেংবগুম্না তাক্লবসু মদুবু অচুম্বনি হায়না লেপ্পদি য়াদে।

নৈয়ায়িক সম্প্রদায়গী মতদা জীব অমসুং ব্রহ্মগী থাঙ্গৈশেংনা অভেদ লৈতে, অদু ওইরবসু মুমুক্ষু ওইবা সাধকনা মশাগী আত্মাদা ব্রহ্মগী অভেদারোপ তৌদুনা "সোঽহং" অসিনচিংবা মথলগী উপাসনা তৌগনি। উপাসনা অসিগী মপান্না মশামক্তা অমসুং অতৈ অতৈ বস্তুদা ব্রহ্মদর্শন ওইগনি। অদুগী ফলনা পরমেশ্বরদা পরাভক্তি ফংগনি। অদুনা থাঙ্গৈশেংনা ব্রহ্ম সাক্ষাৎকার ওইদুনা মোক্ষলাভ ওইগনি। মত অসিদা ভগবদ্গীতাগী "ব্রহ্মভূতঃ প্রসন্নাত্মা ন শোচতি ন কাঙ্ক্ষতি। সমঃ সর্বেষু ভূতেষু মদ্ভক্তিং লভতে পরাম্"॥ ভক্ত্যা মাম-
ভিজানাতি যাবান্ যশ্চাস্মি তত্ত্বতঃ ততো মাং তত্ত্বতো জ্ঞাত্বা বিশতে তদনন্তরম্॥" (১৮। অধ্যায় ৫৪। ৫৫) শ্লোক অনীনা তাক্লিবসু মথক্কী তাৎপর্য্য অসিবুনি থঙ্গনি। থাঙ্গৈশেংনা মুমুক্ষু সাধকশিংগী উপাসনা মথল অহুম শাস্ত্রদগী থঙ্‌বা ঙম্মি। অহানবা, জগৎপু ব্রহ্মগী মশক ওইনা য়াথল তৌবা, অনীশুবা, জগৎপু ব্রহ্মমক ওইনা য়াথল তৌবা অহুমশুবা, ব্রহ্মনা জগৎ অমসুং জীবদগী তোঙান্না, সর্বজ্ঞনি, সর্বশক্তি-
মাননি, সর্বাশ্রয়নি হায়না ব্রহ্মবু ভাবনা তৌবা। মথক থংবা উপাসনা মথল অনী অসিনা সাধকী চিত্তশুদ্ধি ওই। অহুমশুবা উপাসনানা ব্রহ্ম সাক্ষাৎকার ওই—। জগৎ অমসুং জীববু ব্রহ্ম ওইনা নীংবনা ভেদবুদ্ধি মাঙথি, অদুনা রাগদ্বেষনচিংবা অমসুং অস্পৃশ্যানচিংবা লৈরক্তে। অদুনা চিত্তশুদ্ধি ওইরকই। মতম অদুদা পরমেশ্বরদা য়াম্না পুক্নীং চঙলকই।

মসিবু পরাভক্তি কৌই। বেদান্তদর্শনগী প্রথমাধ্যায়গী প্রথমপাদগী অরোইবা সূত্রদা "উপাসা ত্রৈবিধ্যাৎ" বাহৈ অসিদা ভগবান্ বাদরায়ণনস্থ মথক্কী উপাসনা মথল অহুম্থ ইঙ্গিত তৌহুনা তাক্লম্মি। তৌইগুম্বস্থুং পরব্রহ্মাবু জীব অমস্থুং জগৎতকী অতোপ্পনি হায়না সাক্ষাৎকার তৌজরবদি মোক্ষলাভ ওই (ভেদ দর্শনমক্তনা মোক্ষগী সাক্ষাৎকারণনি), অসিমক "পৃথগাত্মানং প্রেরিতারঞ্চ মত্বা জুষ্টস্তেনামৃতত্বমেতি" শ্বেতাশ্বতর (১। ৬) শ্রুতি অসিনা ইরায় লায়না ফংই। শ্রীজীবগোস্বামীনচিংবনস্থ "পৃথগাত্মানং প্রেরিতারঞ্চ মত্বা" শ্রুতি অসি পুথত্তুনা জীব অমস্থুং ব্রহ্মগী ভেদ সত্যনি হায়না সমর্থন তৌখি, অমস্থুং অসিগুম্বা ভেদদর্শন অসিমক মোক্ষগী সাক্ষাৎকারণনি হায়বসি শ্রুতিসিদ্ধ ওইরবদি জীব অমস্থুং ব্রহ্মগী অভেদ দর্শনবু সাক্ষাৎকারণনি হায়বা সিদ্ধান্ত অমুক তৌবা য়াদে।

নৈয়ায়িক সম্প্রদায়গী মতদা "তত্ত্বমসি" অসিনচিংবা শ্রুতিবাক্যনা তাকপদি মুমুক্ষুশিংনা মোক্ষ ফংনবগী সহায় ওইবা উপাসনা মথল কয়ামুক তাকপনি, জীব অমস্থুং ব্রহ্মগী অভেদবু বাস্তব তত্ত্ব (থাঙ্গৈশেংবা) ওইনা তাকপা নত্তে। নব্য নৈয়ায়িক বিশ্বনাথ ন্যায় পঞ্চানননা "সিদ্ধান্ত মুক্তাবলী" গ্রন্থদা নৈয়ায়িক সম্প্রদায়গী পরম্পরাদগী লাকপা মতদি মথক্কী মত অসিনি হায়না ইঙ্গিত তৌরম্মি। বৌদ্ধাধিকারটিপ্পনীদা নব্যনৈয়ায়িক রঘুনাথ শিরোমণিগীস্থ মরোও অসিগী বাত্তাং ফংই। গঙ্গেশোপাধ্যায়গী মথক ওইবা মহানৈয়ায়িক জয়ন্তভট্টনস্থ শব্দোকপা বিচার তৌহুনা শঙ্করাচার্য্যনা সমর্থন তৌখিবা অদ্বৈতবাদগী অনুপপত্তি তৌখি (উৎখি)। "তাৎপর্য্যটীকা" কারবাচস্পতি মিশ্রনস্থ ন্যায়মত সমর্থন তৌব তাবদা বা কয়ামুক হায়খি।

অয়াম্বনা অদ্বৈতবাদগী মূল ওইবা মায়া নত্রগা অবিদ্যাবু খণ্ডন তৌরগা অদ্বৈতবাদবু খণ্ডন তৌথি। থাঙ্গৈশেংব মায়া নত্রগা অবিদ্যা করিনো? মহাক কদায়দা লৈ? মহাক ব্রহ্মদগী তোঙানবরা ক্তোঙান্দবরা? অসিনচিংবসি মুন্না খণ্ডব্রবদি অদ্বৈতবাদ খণ্ডদে। অদ্বৈতবাদগী মূল ওইবা অবিদ্যা অসিবু খণ্ডন তৌব ওন্নবদি মরম অসিদা বিচার পূম্নমক হেক্ত লোইবা য়াই।

দ্বৈতাদ্বৈতবাদী নিম্বার্কনচিংব বৈষ্ণবাচার্য্য অয়াম্বনদি জীব অমস্তুং ঈশ্বরগী ভেদবোধক অমস্তুং অভেদবোধক শাস্ত্রদা আশ্রয় তৌদুনা জীব অমস্তুং ঈশ্বরগী ভেদ অমস্তুং অভেদবু অচুম্বনি হায়না লেপথি। মখোয়গী মতদা ঈশ্বরদা জীবগী ভেদ অমস্তুং অভেদ অনীমক লৈ, মসি করিস্তু বিরুদ্ধ নত্তে, অচুম্বনি। জীবগা ঈশ্বরগা অনীগী ভেদা ভেদসম্বন্ধ অনাদি সিদ্ধনি। "অংশো নানাব্যপদেশাৎ" অসিনচিংব (২।৩।৪২) ব্রহ্মসূত্রনা "মমৈবাংশো জীবলোকে জীবভূতঃ সনাতনঃ" অসিনচিংব ভগবদ্গীতা (১৫।১৭) গী বাক্যনা প্রমাণ ওইদুনা ব্রহ্মনা অংশীনি, জীবনা অংশনি। অদুনা মৈ অমস্তুং মৈরীক্তী মতৌ-গুম্না জীব অমস্তুং ব্রহ্মগী অংশাংশী ভাবতা থাঙ্গৈশেংবা ভেদ অমস্তুং অভেদ লৈ হায়না য়াথি। মখোয়না মত অসি য়াবদি জীব অমস্তুং ব্রহ্মগী ভেদ তাকপা অমস্তুং অভেদ তাকপা শ্রুতিশিংনা প্রমাণ ওই-বনী। অণু ওইবা জীবদি ব্রহ্মগী অংশনি, ব্রহ্মাপূর্ণদর্শীনি জীবদি পূর্ণদর্শী নত্তে, ব্রহ্ম নত্রগা ঈশ্বরদি সর্বশক্তিমাননি অমস্তুং সৃষ্টি স্থিতি প্রলয় কর্ত্তানি, জীবদি মুক্ত ওইদুনস্তু সর্বশক্তিমান্ নত্তে, ব্রহ্মগী অংশ অদু-মক জীবগী (স্বরূপ) মশকনি। অদুনা মহাক্না মুক্ত ওইদুনস্তু মাগী মশক অদু ওইদুনা অদুম্বলে। মরমদি করিগুম্ব নিত্য বস্তু অমগী

মশক অহু পূম্মাং ওইনা মাওবা থক হৌনদে, অহুনা মুক্ত জীবস্থু মতম অহুদা জীবদমক ওইহুনা লৈ, মহাক্না পূর্ণব্রহ্ম ওইদে অহুগা সর্ব শক্তিমান্সু ওইদে। তৌইগুম্বস্থং জীব হায়বসি ব্রহ্মগী অংশনি হায়হুনা ব্রহ্মদগী অভিন্ন ( তোপ্তবা ) নি হায়বসু য়াকম থোকই। অসিগুম্বা ভেদাভেদবাদ নত্রগা দ্বৈতাদ্বৈতবাদ অসি মতম য়াম্না কুইরক্লবা মতনি। ব্রহ্মাগী অহানবা মানসপুত্র সনক, অনীশুবা সনন্দ, অহুমগুবা সনাতন, মরীশুবা সনৎকুমার ঋষিনা মত অসিগী অহানবা আচার্য্যনি হায়হুনা মথোয়গী মীংঙ্গু লৌহুনা মত অসিগী সম্প্রদায়বু চতুঃসন সম্প্রদায় হায়রগা থঙনৈ, অমসুং বৈষ্ণবকী লুচিংবা নারদবু চতুঃসনগী অহানবা শিষ্যনিস্থু হায়নৈ। নারদগী শিষ্য নিয়মানন্দাচার্য্য মতুঙ্দা নিম্বার্ক নত্রগা নিম্বাদিত্য হায়না কাওখি। মহাক্না মতম অমদা মাগী আশ্রমদা লৈবা নিম্ববৃক্ষদা কাথৎলগা সূর্য্যদেববু আরাধনা তৌথি হায়হুনা মহাক্কী মমীং অসি কাওখিবনি হায়বা জনশ্রুতি লৈ।

নিম্বার্কস্বামী অসিনা বেদান্তদর্শনগী সংক্ষিপ্তভাষ্য অমা লেংলম্মি, মাগী মমীং "বেদান্তপারিজাত সৌরভ" কৌই। নিম্বার্কগী শিষ্য শ্রীনিবাসাচার্য্যনা "বেদান্ত কৌস্তুভ" কৌবা অতোপ্প ভাষ্য অমসু লেংলম্মি। মতুঙদা ভাষ্য অসিগী টীকা য়াম্না লেংলম্মি। বঙ্গদেশদা শ্রীচৈতন্যদেবনা আবির্ভাব ওইবা মতমদা হায়রিবা সম্প্রদায় অসিগী প্রধানাচার্য্য কেশবাচার্য্য কৌবা নিপা অমনা ভাষ্য অসিগী টীকা অমথক কোংদোকই, মহু ঙসি কাওবা চৎনরি। দ্বৈতাদ্বৈতবাদগী প্রতিষ্ঠাতা নিম্বার্কস্বামী অসি নারদ মুনিনা তাকপা মত

অহুত্তগী ব্যাখ্যা তৌবা মীশক অমনি। নারদ মুনিনা মহাক্কী গুরুনি হায়রবসি বেদান্তদর্শনগী ১। ৩। ৮ সূত্রগী ভাষ্যদা মশামক্তা হায়খি।

শ্রীসম্প্রদায়গী প্রবর্ত্তক অনন্তাবতার বৈষ্ণবাচার্য্য রামানুজনা বেদান্তদর্শনগী শ্রীভাষ্যদা ভগবান্ শঙ্করাচার্য্যনা সমর্থন তৌবা অদ্বৈ-তবাদ নত্রগা মায়াবাদগী সমালোচনা শন্দোক্না তৌরগা মত অসি ককথৎখি। মহাক্না "সুবালোপনিষৎ" কী ৭শুবা খণ্ডগী "যস্য পৃথিবী শরীরম্" অসিনচিংব শ্রুতিশিংনা অমসুং যুক্তিনা জীব অমসুং জগৎ অসি পরমেশ্বরগী শরীরনি হায়না সিদ্ধান্ত তৌখি। মহাক্না হায়রম্মি—শরীর অমসুং আত্মা অনী অসি স্বরূপতা অভেদ ওইবা ইরা য়াদে। তৌইগুম্বসুং প্রলয়গী মতমদা জীব অমসুং জগৎনা য়াম্না কূপ্না ব্রহ্মদা তিনখি। মরম অদুনা মতম অদুদা জগৎ অমসুং জীববু ব্রহ্মগী শরীরনি হায়দুনসু তোঙাম্না উপলব্ধি তৌবা য়াদে। অদুনা মতম অদুদা জগৎ অমসুং জীবগী তিনফম ওইবা ব্রহ্ম নত্তনা অতৈ করিসু লৈতে। মতম অদুদা জগৎ অমসুং জীবনা তিল্লিবা ব্রহ্ম নত্তনা কনা লৈতে খঙ্হনবদি "একমেবাদ্বিতীয়ম্" "একমেবা-দ্বয়ং ব্রহ্মনেহ নানাস্তি কিঞ্চন" অসিনচিংবা শ্রুতি অসিননি। রামানুজনা মতৌ অসুম্না জগৎ অমসুং জীবনা তিনবা ব্রহ্মদি অনী শুদে হায়রবা মত অসি য়াখিবদগী মহাক্কী মত অসি "বিশিষ্টা দ্বৈতবাদ" হায়না খ্যাইনা খঙনৈ। রামানুজনা হায়রম্মি—"আত্মা বা ইদ মগ্র আসীৎ" অসিনচিংব শ্রুতিনা খঙ্বদি প্রলয়গী মতমদা জীব অমসুং জগৎ পুম্নমক অসি স্থূলরূপ (অপোৌবমশক) থাদোক্নুনা সূক্ষ্মরূপ (অকুপ্প মশক) ওইনা ব্রহ্মদা লৈরম্মি অসি খঙ্গিঙ্। মতম অদুদা

জগৎ অসিগী স্বরূপ নিবৃত্তি ওইখ্রে নত্রগা জগৎ অসি পূমৈ লৈখিত্রে হায়বদি থঙবা ঙমদে।

"তমঃ পরে দেবে একী ভবতি" শ্রুতি অসিদা হায়রবিস্সু মথক্কী একীভাব অসিনি। মতম অতুদা তোঙান তোঙানবা পোৎশকপু তোঙান তোঙান্না থঙবা য়াদববু একী ভাব কৌই। প্রলয়গী মতমদা সূক্ষ্ম জীব অমসুং সূক্ষ্ম জগৎ অসিনা তিনবা ব্রহ্মদা সমগ্রজগৎ অমসুং জীবগী একীভাব ওই হায়তুনা অতুগুম্বা বিশিষ্টব্রহ্মবু লক্ষ্য তৌতুনা শ্রুতিন হায়রি—সর্বং খল্বিদং ব্রহ্ম"। থাঙ্গৎশেংনা ব্রহ্মগী সত্তা নত্তনা কয়িগুম্বা অমত্তা লৈত্তে হায়বা নত্তে। মথক্কী বিশিষ্টব্রহ্ম অসিমক্না জগৎকী উপাদাননি, জগৎনা ব্রহ্ম অসিগী পরিণামনি, বিবর্ত্ত নত্তে। অদুগা জীব অমসুং জগৎ পূম্নমক অসি ব্রহ্মদগী তোঙানবা পোৎ ওইরবসু ব্রহ্মগী বিশেষণনি, মরম অসিননি ব্রহ্মগী শরীরনি হায়রিবসিস্সু। অতুনা বিশিষ্টব্রহ্ম অসিবু থঙলবদি পূম্নমক থঙিঙ হায়বদা করি চিংননিঙাই লৈ? বিশিষ্টব্রহ্মবু সাক্ষাৎকার তৌরবদি মহাক্কী বিশেষণ ওইবা জীব অমসুং জগৎকী সাক্ষাৎকারদি শোয়দনা তৌগনি। মরম অসিনা শ্রুতিদা ব্রহ্মজ্ঞান অসিমক্তনা সর্বজ্ঞান ওই হায়রিবসি চুমদবা নত্তে। অসিনা ব্রহ্মত্তনা সত্যনি, পূম্নমক অসিদি মঙোন্দা কল্পনা তৌবা মিথ্যা ঙাক্তনি হায়না থঙনবগী মরম করিস্সু লৈত্তে। সমগ্রজগৎ অমসুং জীবনা ব্রহ্মদগী তোঙানবা ওইরবসু মথোয়না ভিন্নবা ব্রহ্মদি অমত্তনি অনীগুদে হায়বসি শ্রুতিগী তাৎপর্য্যনি। মথক্তা হায়খ্রিবা বিশিষ্টা দ্বৈতবাদ অসিমক "একমেবা দ্বিতীয়ম্" অসিনচিংব শ্রুতিনা য়াবা মত্তনি। "তত্ত্বমসি" অসিনচিংবা শ্রুতিবাক্যদা জীব অমসুং ব্রহ্মগী অভেদনি তাক্লিবা অসিগী তাৎ-

পর্য্যদি অসিনি, জীবদি ব্রহ্মগী ব্যাপ্যনি, ব্রহ্মদি জীবগী ব্যাপকনি, জীবদি ব্রহ্মগী শরীরনি। জীব হায়বসিগী স্বরূপমক ব্রহ্মনি হায়বদি নত্তে। মরমদি জীব হায়বসি ব্রহ্মদগী তোঙানবনি, ব্রহ্মগী শরীর বিশেষনি হায়বগী প্রমাণ য়ায়া লৈ। অদুগা জীবদি অণু (অপীকপা) নি হায়বস্থ শ্রুতিনা তরু তরুনা তাক্লি। অদু ওইরবদি অণু ওইবা মহাক মথন্দনা হকচাং খুদিংদা লৈবা য়াদবনিনা মহাক (জীবাত্মা) হকচাং খুদিংগী তোঙান তোঙায়ে। মরম অসিনা য়ান্মি। অদু ওইরবদি অমদগী হেন্দ্রবা ব্রহ্মগা হকচাং খুদিংদা তোঙান তোঙায়া লৈরবা জীবাত্মাগা তোঙায়দে হায়বা ওইথোক্লবা য়ানি। অণু ওইবা জীবনা বিভু ওইবা (ব্যাপক ওইবা) ব্রহ্মদগী তোপ্তবনি হায়বা শুপ্নমক য়াদে।

নিম্বার্কনচিংবা বৈষ্ণবাচার্য্যশিংনা জীবাত্মাবু অণু (অপীকপা) নি হায়না য়ারগস্থ বিভু ওইবা ব্রহ্মগ জীবগা অনীগী স্বরূপ (মশক) তোঙায়ে অমস্থং তোঙায়দে অনীমক ওইবা য়াবনি হায়না য়াথি। তোইগুম্বস্থং রামানুজনদি মসি য়ারমদে। মহাকী মতদা পোৎশক অমত্তদা স্বরূপ অমত্তদা ভেদ অমস্থং অভেদ অনীমক লৈ হায়বসি অচুম্ব নত্তে। মরমদি অসিগুম্বা ভেদ অমস্থং অভেদ অনী অসি মহৈ মহৈ বিরুদ্ধ (য়ানদব) ওইবা পোৎশক্লি। "অংশে নানা ব্যপদেশাৎ" অসিনচিংবা ব্রহ্মসূত্রদা জীববু ব্রহ্মগী অংশনি হায়রি, মদুগী তাৎপর্য্যদি— জীববু ব্রহ্মগী খণ্ডনি হায়বা নত্তে। মরমদি ব্রহ্মদি অখণ্ডবস্তুনি, মাগী খণ্ড লৈবা য়াদে। অদুনা মহাকী তাৎপর্য্যদি অসিনি—জীবদি ব্রহ্মগী বিভূতি নত্তগা বিশেষণনি। "প্রকাশাদিবত্তু নৈবং পরঃ (২।৩।৪৫) ব্রহ্মসূত্রগী ভাষ্যদা হায়খি—মৈ অমস্থং মুমিংকী

প্রভাবু মখোয়গী অংশনি হায়বগুম্না জীববু ব্রহ্মগী অংশনি হায়বনি। তৌইগুম্বস্তুং দেহ অমস্তুং দেহীগী মতোগুম্না জীব ব্রহ্মগী স্বরূপ ভেদ শোয়দনা লৈ। অদুগা "তত্ত্বমসি" অসিনচিংবা শ্রুতিনা জীব অমস্তুং ব্রহ্মগী থাগৈশেংনা অভেদনি তাকপস্তু নত্তে। মরমদি—'তত্ত্বমসি "অয়মাত্মা ব্রহ্ম" অসিনচিংবা শ্রুতিদা "ত্বম্" "অয়ম্" অমস্তুং "আত্মা" পদশিং অসি জীবাত্মা খঙননবা প্রয়োগ তৌরম্বা নত্তে। পদশিং অসিগী অর্থদি ব্রহ্মনি।

রামানুজগী মতদা "তত্ত্বমসি শ্রুতিবাক্য অসিদা তৎপদনা সর্বদোষ শূন্য, সকলগুণাধার, সৃষ্টিস্থিতি প্রলয় কারী ব্রহ্মদবু খঙহল্লি। মরমদি শ্রুতি অসিগী মথক্তা "তদৈক্ষত" অসিনচিংবা শ্রুতিদা "তৎ" পদনা অসিগুম্বা ব্রহ্মবু খঙ্ হল্লি। অসিগুম্না "তত্ত্বমসি" শ্রুতি অসিদা "ত্বম্" পদনা চিদ্‌বিশিষ্ট ( জীব ) না মাগী বিশেষণ নত্রগা শরীর ওইব অদুগুম্বা ব্রহ্মবু খঙ্ নৈ। অদু ওইরবদি জীবনা মাগী বিশেষণ ওইবা ব্রহ্ম অদু সর্বদোষশূন্য, সকলগুণাধার, সৃষ্টিস্থিতি প্রলয় কারীনি খঙ্ নবা তাবে। অদুনা "তত্ত্বমসি" হায়বা বাক্য অসিদা "তৎ" অমস্তুং ত্বম্" পদগী অর্থ ব্রহ্মদগী হেন্দবনিনা অভেদ ওইনা উৎলম্বগী করিস্তু অকায়বা লৈতে, অমস্তুং অসিনা মরম ওইদুনা জীব অমস্তুং ব্রহ্মগী অভেদ ওইবস্তু য়াদে। "সর্বদর্শন সঙ্গ্রহদা "রামানুজদর্শনপ্রবন্ধ" দা মাধবাচার্য্যনস্তু "তত্ত্বমসি" বাক্য অসিগী অর্থ ব্যাখ্যাদা মথক্তা হায়খ্রিবা বা অসিমক হায়খি।

বৈষ্ণবাচার্য্যশিংগী মনুংদা বায়ুগী অবতার পরম বৈষ্ণব শ্রীমান্ আনন্দ তীর্থ অমদি মধ্বাচার্য্য দ্বৈতবাদগী প্রবর্ত্তক অমনি। মহাক্কী মমীং পূর্ণপ্রজ্ঞস্তু কৌই। মহাক অসিস্তু বেদান্তদর্শনগী ভাষ্য ইরম্বনি।

অদুগী মহুওদা অতৈ সম্প্রদায়দা উৎথিদবা শ্রুতিশিং অমসুং পুরাণগী বচনশিং উত্তুনা দ্বৈতবাদবু সমর্থন তৌখি। মহাক্কী ভাষ্য অসি পূর্ণপ্রজ্ঞদর্শন হায়না কাওথি। মধ্বাচার্য্যনা "সর্বদর্শন সঙ্গ্রহ" দা রামানুজদর্শনগী মতুংদা পূর্ণপ্রজ্ঞদর্শনসু প্রকাশ তৌখি। আনন্দ-তীর্থ অমদি মধ্বাচার্যানা বেদান্তদর্শনগী "বিশেষণাচ্চ" ( ১। ২। ১২ ) সূত্রগী ভাষ্যদা মশাগী মত সমর্থন তৌনবগী দমক জীব অমসুং ব্রহ্মগী ভেদবু অচুম্বনি তাকপা—শ্রুতিবু পুথৎখি,—মহুশিং অদুমক মাধবা চার্য্যনা পূর্ণপ্রপ্রজ্ঞ দর্শনদা পুথৎখি। "সর্ব সম্বাদিনী" গ্রন্থদা শ্রীজীব গোস্বামীনা মধ্বভাষ্যগী মমীং পন্দুনা আচার্য্য মহাক্না উৎলম্বা শ্রুতি-নচিংব প্রমাণ কয়ামুক পুথৎলম্মি।

মধ্বাচার্য্য অমদি আনন্দতীর্থগী মতদা জীব অমসুং ব্রহ্ম থাঙ্গৈ-শেংনা পুমতোং তোওডায়বনি হায়বসি শ্রুতিসম্মত ওইবা সিদ্ধান্তনি, অমসুং শ্রীবিষ্ণুদনা অথোইব লাইনি। মহাক্কী মতদা "তত্ত্বমসি" অসিনচিংবা শ্রুতিবাক্যদা জীব অমসুং ব্রহ্ম অনী অসি মান্নৈ হায়ব-মখৈদা ফোংদোকই, অদুগা অনীমক তোওডায়বা নত্তে হায়বদি ফোংদোক্তে। মরমদি অতৈ শ্রুতি অমসুং স্মৃতিদা জীব অমসুং ব্রহ্মগী থাঙ্গৈশেংব ভেদ তরং তরংনা তাক্লি, অদুনা "তত্ত্বমসি" হায়বা বাক্যগী তাৎপর্য্যদি "আদিত্যো যূপঃ" বেদবাক্য অসিগী তাৎপর্য্যগুম্না থোই-দোক্না মান্নৈ হায়না তাকপদনি খণ্ডনগনি, হায়বদি যজ্ঞগী যূপগা আদিত্যগা থেন্নবনি, অদুমকপু যজ্ঞগী যূপবু আদিত্যগা মান্না মান্নৈ খণ্ডনগে হায়বগীদমক শ্রুতিনা "আদিত্যো যূপঃ" হায়বা অসিগুম্না ব্রহ্ম নত্তবা জীববু ব্রহ্মগা মান্নৈ হায়বসি খণ্ডনগে হায়বগীদমক শ্রুতিনা "তত্ত্বমসি" 'অয়মাত্মাব্রহ্ম" হায়বনি। অসিগী মথক্তা

মুণ্ডকোপনিষৎকী মন্ত্রড্ দা "নিরঞ্জনঃ পরমং সাম্য মুপৈতি দিব্যম্" বাক্য অসিনা অহানবদা ব্রহ্মদর্শী ওইবা জীব, ব্রহ্মগা মান্নৈ হায়না হায়রি। অদু ওইরবদি অকোনবগী "ব্রহ্মবেদ ব্রহ্মৈব ভবতি" মুণ্ডক (৩।২।৩) শ্রুতি অসিদস্তু ব্রহ্মদর্শী ওইবা জীবদি ব্রহ্মগা মান্নবনি, ব্রহ্মমক ওইবদি নত্তে হায়বসিমক তাৎপর্য্যনি খণ্ডনগনি। মরমদি ব্রহ্মদর্শী ওইবা জীবনা ব্রহ্মমক ওইখ্রবদি মহাক্কী মরমদা ব্রহ্মগা মান্নৈ হায়বা য়া অসিগী শীজিন্নফম লৈত্তে।

গৌড়ীয় বৈষ্ণবাচার্য্য শ্রীবলদেববিদ্যাভূষণনা মাগী "সিদ্ধান্তরত্ন" গ্রন্থদা "ব্রহ্মৈব ভবতি" শ্রুতিবাক্য অসিদা য়াওরিবা "এব" শব্দগী অর্থ মান্নবা হায়বনি হায়রি। মহাক্না অমরকোষগী অব্যয়বর্গগী "বদ্বা যথা তথৈ বেবং সাম্যে" প্রমাণ অসি পুথক্তুনা "এব" শব্দগী অর্থ মান্নবা হায়বনি য়ারম্মি। সর্বদর্শন সংগ্রহ" দা মাধবাচার্য্যনা মাধ্বমত বর্ণন তৌরকপদা মমৈদা পক্ষ অমা ওইনা হায়খি—মতুদি— "অথবা স আত্মা তত্ত্বমসি" শ্রুতিবাক্য অসিদা "অতত্ত্বমসি"· হায়বা বাক্য অসিমক লৌদুনা "ত্বং তন্নভবসি" হায়বদি "নহাক ব্রহ্ম অদু নত্তে, নহাক ব্রহ্মদগী তোঙভানবনি" অর্থ অসি লৌগনি। তৌইগুম্বসুং বৈষ্ণবাচার্য্য মহামনীষী মাধবমুকুন্দনা "পরপক্ষ গিরিবজ্র" গ্রন্থগী মমৈদা অতোপ্পা পক্ষ অমদা "অতত্ত্বমসি" পাঠ অসি লৌদুনা "অতৎ" হায়বা বাক্য অসিদ য়াওরিবা "নঞ" শব্দগী অর্থ সাদৃশ্যনি। অদুনা "অব্রাহ্মণ" শব্দনা ব্রাহ্মণসদৃশ হায়বা অর্থ খণ্ডনবগুম্না "অতৎত্বমসি" বাক্য অসিগী "অতৎ" শব্দনা "তৎসদৃশ—ব্রহ্মসদৃশ" খণ্ডনগনি।

থাঙ্গৈশেংনা ছন্দোগ্যোপনিষৎতা "স আত্মা অতৎত্বমসি" অসিগুম্বা সন্ধি থাইরবা অমম্বুং কষ্টকল্পনা তৌরবা পাঠ অসিবু করি-গুম্বা মরম অমনা লৌব তারবদি পক্ষ অসিদা মাধ্বগী মত মতুং ইন্না "নঞ" শব্দগী সদৃশার্থ লৌবা অসিমক অচুম্বনি, চিংনফম লৈতে। মাধবাচার্য্যনা পূর্ণপ্রজ্ঞ দর্শনদা মাধ্বমতবর্ণন তৌরকপদা খ্ৱাইগী মমৈদা পক্ষ অসিদা ব্যাখ্যা অসি করিগী তৌদবগে হায়বসি খল্লনিঙাই অমনি। মাধবাচার্য্যনা মাধ্বমত বর্ণন তৌরকপদা মহোপনিষৎকী মমীং পন্দুনা শ্রুতি কয়ামুক থাঙ্গৎখি অমম্বুং দৃষ্টান্ত মাপলগী ৱা পনখি, "পরপক্ষ গিরিবজ্র" গ্রন্থদা শ্রুতিশিং অহুগী মতুং ইন্না দৃষ্টান্ত মাপনগী ব্যাখ্যা থেংনবা মরম্না অমম্বুং গ্রন্থ অসিদা দ্বৈতবাদ পক্ষদা উপক্রম উপসংহারনচিংবা ষড়বিধলিঙ্গ উম্বুনা উপনিষৎমক্কনা দ্বৈতবাদবু থোইদোক্না সমর্থন তৌবা থেংনৈ। ৱাহৈ পুন্নমক অহু পাকমন চাউমনখিগদ্রা হায়দুনা ফোংদোকচদ্রে। লাইরিক অসিগী অহানবা অধ্যায়গী "অথগুর্থ গিরিনিপাত" কৌবা প্রকরণগী মতুং-মক্তদা "তত্ত্বমসি" অসিনচিংবা স্রুতিগী ব্যাখ্যাদা লক্ষণা বিচারদম্বু অনৌ অনৌবা ৱা কয়া ফংই, তৌইগুম্বসুং মফম অহুদা অহানবদা পক্ষান্তরদা "তত্ত্বমসি" বাক্য অসিদা লক্ষণা থাদোক্লনা "তৎ" শব্দগী মথাদা তৃতীয়ানচিংব বিভক্তি-লোপ ওইখিবনি হায়বসি য়াহুনা "তত্ত্বমসি" বাক্যগী তেন ত্বং তিষ্ঠসি, তস্মৈ ত্বং তিষ্ঠসি, তত সম্প্রাপ্তঃ, তস্য ত্বম্, তস্মিন্ ত্বম্, অর্থ মথল মঙা অসিগী ব্যাখ্যা তৌখি। মধ্বা-চার্য্যনা মশামক্তা মথক্কী মথল মথা অয়াম্বা ব্যাখ্যা অসি তৌত্রবসু মহাক্কী সম্প্রদায়গী মনুংদা তুংদা লাকপা গ্রন্থকার অয়াম্বনা অদ্বৈত-বাদী সম্প্রদায়শিংগা বিচার তৌনরকপদা মাধ্বমত সমর্থন তৌননবগী

দমক "তত্ত্বমসি" নচিংব বাক্যগী কষ্টকল্পনা তৌহনা মথক্কী ব্যাখ্যা মথল অসি তৌথি।

গৌড়ীয় বৈষ্ণবাচার্য্য শ্রীবলদেববিদ্যাভূষণ মহাশয়নস্থ মাধ্বমত সমর্থন তৌবদা "তত্ত্বমসি" নচিংবা শ্রুতিগী মথক্কী ব্যাখ্যা অসি তৌরমদে। মাধ্বভাষ্যদস্থ অসিগুম্বা করিগুম্ব ব্যাখ্যা অমত্তা উবা ফংদে। সাম্প্রদায়িক বিবাদগী ফলনা অমস্থং তত্তনা পুক্লিং চঙ্না শাস্ত্র নৈনজবগী ফলনা অমস্থং মথং মথং অসিগুম্বা কাল্পনিক ব্যাখ্যা মথল মথল কয়া থোকথিরম্ব য়াই, মহু কনানা হায়বা ঙম্বগে? অহুবু নৈয়ায়িক অমস্থং মীমাংসক সমপ্রদায়গী পূর্বাচার্য্যশিংনদি দ্বৈতবাদবু-দি য়াই, অহু ওইরবস্থ মথক্কী ব্যাখ্যা অসিদি তৌরমদে।

অমবু ওইরে অমবু ওইরে ফরে, মরু ওইব য়াবু অসিনি—মধ্বাচার্য্যনা জীববু ঈশ্বরগী অংশনি হায়না য়ারবস্থ মহাক্কা নিম্বার্ক-স্বামীগী মতৌগুম্না জীব অমস্থং ঈশ্বরগী ভেদাভেদবাদবুদি য়ারমদে। মধ্বাচার্য্যনা বেদান্তদর্শনগী "অংশো নানা ব্যপদেশাৎ" (১।৩।৪৩) অসিনচিংবা সূত্রগী ভাষ্যদা ইহান হানবদা জীবদি ঈশ্বরগী অংশনি হায়বগী মরমদা শ্রুতিগী প্রমাণ পুথংলগা মতুংদা শ্রুতিগী প্রমাণ পুথক্তুনা জীব, ঈশ্বরগী অংশ নত্তে হায়না পূর্বপক্ষ তৌই। অহুগী মতুংদা অতৈ শ্রুতি অমস্থং বরাহ পুরাণগী বচনবু প্রমাণ ওইনা পুথংলগা জীব, ঈশ্বরগী অংশনি হায়না সিদ্ধান্ত তৌথি। মতাং অসিদা লাকপা আপত্তি— জীবনা ঈশ্বরগী অংশ ওইরবদি, জীব ঈশ্বরগী অংশ নত্তে হায়বা শ্রুতিশিংগী সমন্বয় করম্না তৌগনি? অমস্থং অহু ওইরবদি মৎস্য কূর্মনচিংবা অবতার ঈশ্বরগী অংশনি হায়হুনা ঈশ্বরদগী তোঙান্দবগুম্না ঈশ্বরগী অংশ জীবস্থ ঈশ্বরদগী তোপ্তবনি হায়না

য়ারকপা তারি অমস্তুং মৎস্য কূর্ম্মনচিংবা অবতারগা জীবগা মান্নবা তারি। মধ্বাচার্য্যনা মমৈদা "প্রকাশাদিবন্নৈবংপরঃ" ( ২ । ৩ । ৪৬ ) অসিনচিংব বেদান্তসূত্র কয়ামরুম্না মথক্কী আপত্তি অসি কোকহনখি।

মথক্কী মরুওইবা রাবু অসিনি—মৎস্যকূর্ম্মনচিংবা অবতারদি ঈশ্বরগী স্বাংশনি হায়বদি স্বরূপাংশনি, জীবদি ঈশ্বরগী বিভিন্নাংশনি। অংশ মথল অনীনি (১) স্বাংশ, (২) বিভিন্নাংশ। মধ্বাচার্য্যনা মতুংদা "আভাস এবচ" ( ২ । ৩ । ৫০ ) বেদান্তসূত্রগী মতুং ইন্না জীব হায়বসি ঈশ্বরগী প্রতিবিম্বাংশনি হায়নস্থ য়াখি, মৎস্য কূর্ম্মনচিংবা অবতার-শিংদি প্রতিবিম্বাংশ নত্তে, স্বরূপাংশনি। অদুনা জীবগা অবতারশিংগা মান্নদে হায়খি। প্রতিবিম্বাংশ করিনো হায়রবদি—"প্রতিবিম্বে স্বল্পসাম্যম্" হায়বদি মপোন্দা অংশীগী মান্নবা শরুক য়ামদনা লৈবা অংশ অদু প্রতিবিম্বাংশনি, মসি বিভিন্নাংশগা অমত্তনি। ঈশ্বর অমস্তুং জীবদা চৈতন্য ধর্ম্ম লৈ, অদুনা ধর্ম্ম অসিতনা মরম ওইদুনা ঈশ্বরগা জীবগা মান্নৈ। মরম অসিনা ঈশ্বরগী বিভিন্নাংশ ওইবা জীববু মাগী প্রতিবিম্বাংশনিস্থ হায়খি।

ভগবান্ শঙ্করাচার্য্যনা মথক্কী বেদান্তসূত্রগী আভাস শব্দনা জীববু প্রতিবিম্বনি তাকপনিনা জীব মিথ্যানি হায়না সমর্থন তৌখি; তৌইগুম্বস্তুং মধ্বাচার্য্যগী মতদদি জীব সত্যনি। মহাক্কি ঈশ্বরগী প্রতিবিম্বাংশ ওইরবস্থ মিথ্যা নত্তে, মরমদি জীবদা ঈশ্বরগী সাদৃশ্য ( মান্নব মতৌ ) লৈবনিনা মহাকপু আভাস হায়বনি; মসিমক্তনা মরম ওইদুনা "আভাস" "প্রতিবিম্ব" শব্দ অসি প্রয়োগ তৌরম্বনি। মধ্বাচার্য্যনা পুথংলম্বা "প্রতিবিম্বে স্বল্পসাম্যম্" অসিনচিংবা শাস্ত্র-বাক্যনস্থ অসিদুবু সমর্থন তৌরম্বনি। মচাদা মপাগী সাদৃশ্য থরদং

লৈবদগী মচাবু মপাগী প্রতিবিম্ব অমদি ছায়া হায়নৈ, তৌইগুম্বস্মুং মচা মপাদগী তোঙাল্লি অমস্মুং সত্যনি, অদুগুম্না জীবদা ঈশ্বরগী সাদৃশ্য লৈ হায়দুনা মহাকপু ( জীব ) ঈশ্বরগী প্রতিবিম্বাংশনি হায়রম্বনি। অদুনা জীব ঈশ্বরদগী তোঙাল্লি অমস্মুং সত্যনি ! বৈষ্ণব দার্শনিকশিংগী মনুংদা অসিগুম্বা দ্বৈতবাদ অসি খ্বাইদগী প্রাচীন ওইরবা মতনি। নিম্বার্কস্বামীনদি—জীব অংশনি, ঈশ্বর অংশীনি, অনীমক্কী মশক তোঙানৈ অমস্মুং তোঙঙানদে হায়ন য়ারম্মি, মধ্বাচার্য্যনদি মত য়ারমদে। মহাক্কী মতদদি জীব, ঈশ্বরগী বিভিন্নাংশনি, অদুনা জীব অমস্মুং ঈশ্বরগী স্বরূপ অভিন্ন (তাপ্রবা ) নত্তে। মতুংদা মধ্বশিষ্য ব্যাসতীর্থনা অমস্মুং মাধ্বসম্প্রদায়গী মনুংচনবা নব্যনৈয়ায়িক অয়াম্বনস্মু অকুপ্পা বিচার তৌদুনা মাধ্বমতবু নীংথনা সমর্থন তৌখি। অকুপ্প বিচার কয়ামুক ন্যায়ামৃতনচিংবা অগ্নাম্ব প্রাচীন গ্রন্থদস্মু ফংই। মরু ওইবা বা—মধ্বাচার্য্যনা ব্যাখ্যা তৌখ্রিবা মথক্কী প্রাচীন মত দ্বৈতবাদ অসি দেশবিশেষ অমস্মুং সম্প্রদায়বিশেষদা য়াম্না আদর অমস্মুং প্রচার তৌনখিৰনি।

প্রেমাবতার শ্রীচৈতন্যদেবনস্মু কার করিগুম্বা বিষয়দা মতবিশেষ লৌরবস্মু মাধ্বমতগী মতুং ইন্না জীব ঈশ্বর অনীগী স্বরূপকী অভেদমতবু লৌখি, অমস্মুং মাগী সম্প্রদায়গী শ্রীজীবগোস্বামীনচিংবা বৈষ্ণবাচার্য্যশিংনস্মু মরম অসিদ, মাধ্বমতবু সমর্থন তৌখিমান্নে নীঙভী। গৌড়ীয় বৈষ্ণব মতবু ব্যাখ্যা তৌরিবা পণ্ডিত ওইরবা বৈষ্ণবশিংনস্মু হায়রি—"শ্রীচৈতন্যদেব অমস্মুং মাগী সম্প্রদায় রক্ষক শ্রীজীব গোস্বামীনচিংবা বৈষ্ণবদার্শনিকশিংদি জীব অমস্মুং ঈশ্বরগী মশক অসি

ভেদঙাক্তনি অমসুং অভেদ ঙাক্তনি হায়বদা থন্দুনা থোক্তবনি হায়রি মরম অসিনা মথোয় অসি অচিন্ত্যভেদাভেদবাদীনি।

শ্রীচৈতন্যচরিতামৃত গ্রন্থগী আধুনিক টীপ্পনিকারশিংনসু ভাব অসিগী ৱাদমক ইরম্মি, অদুনা মফম অসিদা মথোয়গী ৱাহৈশিং অদু সমালোচনা তৌফম থোকই। মত অসিগী মরু ওইবা মরমদা কনাগুম্ব হৈথোই শিংথোইরবা গোস্বামীশিংগী ৱাঙাংদগী থঙবা ঙম্মি—শ্রীমদ্ভাগবতকী অনীশুবা শ্লোকগী অনীশুবা পাদ "বেদ্যং বাস্তবমত্র বস্তুশিবদং তাপত্রয়োন্মূলনম্" গী টীকাদা পূজ্যপাদ শ্রীধরস্বামীগী অনীশুবা ব্যাখ্যা "সদ্বা বাস্তবশব্দেন বস্তুনেহংশা জীবঃ; বস্তুনঃ শক্তি মায়াচ বস্তুনঃ কার্য্যং জগচ্চ তৎসর্বং বস্ত্বেব, ন ততঃ, পৃথগিত্যেব বেদ্যং অযত্নেনৈব জ্ঞাতুং শক্যমিত্যর্থঃ "ব্রহ্মগী অংশ জীব, ব্রহ্মগী শক্তি মায়া অমসুং ব্রহ্মগী কার্য্য জগৎ পূম্নমক অসি ব্রহ্মদগী অতোপ্প নত্তে" অসিনি। মফম অদুদা ব্যাখ্যালেশকারনা শ্রীধরস্বামীগী তাৎপর্য্য-বর্ণন তৌরগা শ্রীধরস্বামীগী মতদা ব্রহ্ম অমসুং জীবগী ভেদ অমসুং অভেদ অনীমক তত্ত্ব ( অচুম্ব ) নি হায়না প্রকাশ তৌরম্মি, অদুনা শ্রীধরস্বামীগী ব্যাখ্যা মতুং ইন্না শ্রীমদ্ভাগবতকী অনীশুবা শ্লোকনা মথক্কী ভেদাভেদবাদ অসিমক অরোইবা সিদ্ধান্তনি হায়বা থঙবা ঙম্মি। শ্রীমদ্ভাগবতনচিংবা গ্রন্থশিংদা জীববু ঈশ্বরগী অংশনি হায়র-বনিনা জীববু ঈশ্বরগী অংশাংশীভাবতা ভিন্ন অমসুং অভিন্ন অনীমক সিদ্ধান্তনি থঙবা ঙম্মি। নিম্বার্কস্বামীনসু মত অসিবু অরেপ্পনি হায়না য়াথি। গৌড়ীয়বৈষ্ণবাচার্য্য শ্রীজীব গোস্বামীনদি "তত্ত্বসন্দর্ভ" কৌবা গ্রন্থদা ব্রহ্মতত্ত্ববু জীবস্বরূপতগী অভিন্ননি হায়থি। মহাত্মা পরমাত্মসন্দর্ভদসু শাস্ত্রশিংদা জীব অমসুং ব্রহ্মগী ভেদ অমসুং অভেদ

উৎলিবহুগী সমন্বয় তৌরম্মি, অমস্তুং অসিমস্থু হায়রম্মি জ্ঞান ফংনিং-বশিংগীদমক্তা জীব অমস্তুং ব্রহ্মগী অভেদ অহুগা ভক্তি পাম্বশিংগী-দমক্তা ভেদ তাকপনি। শ্রীজীব গোস্বামীগী অসিগুম্বা য়াডাং অসিনদি মহাক মশামক জীবব্রহ্ম অনীগী ভেদ অভেদ য়াথি হায়বা থৌডং। শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতগ্রন্থদা অসিমস্থু ফংই—শ্রীচৈতন্য দেবনা মাগী প্রিয়ভক্ত সনাতন গোস্বামীদা তাকপিথি—"জীবের স্বরূপ হয় নিত্যকৃষ্ণের দাস। কৃষ্ণের তটস্থা শক্তি ভেদাভেদ প্রকাশ" ( মধ্যম খণ্ড ২০শুবা পরিচ্ছেদ ) শ্লোক অসিগী ভেদাভেদ প্রকাশ য়াহৈ অসিনা জীব অমস্তুং ব্রহ্মগী ভেদ অমস্তুং অভেদ তত্ত্বনি হায়বসিমক শ্রীচৈতন্যদেবগী সম্মতনি হায়বসি তরং তরংনা থৌডং।

মথক্কী য়াহৈ অসিনা হায়রিববু অসিনি—শ্রীধরস্বামীনা শ্রীমস্তা-গবতকী অনীশুবা শ্লোকক্কী অনীশুবা পাদগী অনীশুবা মতাংদা তৌথিবা ব্যাখ্যা অহুনা ভেদাভেদবাদমক্তনি হায়বদি থঙবা ঙমদে। মহাক্না মফম অহুদা জীবনচিংবা পোৎশকশিংবু পল্লগা "তৎসর্বং বস্তেব" য়াহৈ অসি ইরম্মি। অসিনদি জীবনচিংব পুম্নমক অসি ব্রহ্মবস্তু অহুদগী অতোপ্প নত্তে হায়বদি ব্রহ্মগী সত্তা নত্তনা মথোয়গী অতোপ্পা সত্তা অমা লৈতে হায়ব অদ্বৈত সিদ্ধান্ত অসিমক মহাক্কী হায়নিংবা ওইরমাল্লে নিংই।

শ্রীচৈতন্যদেবনা শ্রীধরস্বামীবু অমান্য তৌরোইদবনি হায়রম্মি তৌইগুম্বস্তুং মহাক্না তৌরম্বা মায়াবাদগী ব্যাখ্যা অহুদি চৈতন্যদেবনা লৌথিদে। মহাক্না সার্বভৌমগী মফমদা মায়াবাদবু খণ্ডন তৌথি, নিন্দাস্থু তৌথি। অসিদস্থু নত্তনা অমস্থু হায়থি—"মায়াবাদী ভাষ্য শুনিলে হয় সর্বনাশ" ( চৈতন্যচরিতামৃত মধ্যখণ্ড ষষ্ঠপরিচ্ছেদ ) মরু

ওইবা ব্লাবু ধবস্বামীনা ব্যাখ্যা তৌখিবা পূম্নমক শ্রীচৈতন্যদেব অমসুং মগাকী সম্প্রদায় শ্রীজীবগোস্বামীনচিংবা গৌড়ীয় বৈষ্ণবাচার্য্যশিংগী মতনি হায়বসি করিগুম্বা অমত্তা হায়বা য়ারোই। শ্রীমদ্ভাগবতনচিংব গ্রন্থদা জীব ঈশ্বরগী অংশনি হায়ত্নরম্ব জীব অমসুং ঈশ্বরগী স্বরূপতা ভেদ অমসুং অভেদ অনীমক লৈ হায়না লেপ্পা য়াদে।

মরমদি মধ্বাচার্য্যগী মতকী মতুং ইন্না জীবনা ঈশ্বরগী বিভিন্নাংশ ওইরবদি মভোন্দা (জীব) স্বরূপদা ঈশ্বরগী অভেদ লৈতে হায়বসি য়াই। মরম অসিদা মধ্বাচার্য্যগী বক্তব্য পূম্নমক মথক্তা হায়খ্রে। অদুগী তুংদা শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতগ্রন্থদা "ভেদাভেদপ্রকাশ" ব্লাহৈ অসিমক্রস্থ জীব অমসুং ঈশ্বরগী মশক অসিগী ভেদ অমসুং অভেদ অনীমক অচুম্ব ওইনা হায়খিবনি হায়নম্ব খঙবা য়াদে। মসিনা খঙবদি শাস্ত্রদা জীব অমসুং ঈশ্বরগী ভেদপ্রকাশ লৈবগুম্না অভেদগী প্রকাশ লৈ অসিস্থ খঙিঙ। তৌইগুম্বসুং অদুগুম্বা অভেদ অদু থাঙ্গৎশেংব অভেদ নত্তে, মথোয় অনীগী মশক অমত্তনি (তোঙান্নদবনি) হায়বদি জাত অমত্তনি হায়বগী মথক্তনি। শাস্ত্রদা অসিগুম্বা অভেদ অসি তাকপগী উদ্দেশ্যদি মথাদা ফোংদোক্লকখিগনি।

মরু ওইবা ব্লাবু অসিনি—শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতগী ব্লাহৈ অসিনা জীব অমসুং ঈশ্বরগী স্বরূপতা অভেদনি খঙবা য়াদে—মরমদি শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতগী অতোপ্পা শ্লোকনা মরম ওইদুনা শ্রীচৈতন্যদেবনা জীব অমসুং ঈশ্বরগী মশক অভেদনি হায়বসি শূপ্পা য়ারমদে হায়বসি তরু তরুনা খঙিঙ। সার্বভৌমভট্টচার্য্যগী মফমদা অদ্বৈতবাদমত খণ্ডন তৌরকপদা শ্রীচৈতন্যদেবগী উক্তিশিং অদু শ্রীচৈতন্যচরিতামৃত গ্রন্থদা কৃষ্ণদাস কবিরাজনা ফোংদোকখিবগী মতুঙদা য়াওরি—"মায়াধীশ

মায়াবশ ঈশ্বরে জীবে ভেদ। হেন জীবে ঈশ্বরসহ করহ অভেদ" ? "গীতাশাস্ত্রে জীবরূপ শক্তি করিমানে। হেন জীবে অভেদ কহ ঈশ্বরের সনে ?" মধ্যম খণ্ড ষষ্ঠপরিচ্ছেদ। মথক্কী শ্লোক অনী অসিনা জীব অমসুং ঈশ্বরগী স্বরূপ অভেদ নত্তে হায়বসি তাক্লি। অহানবা শ্লোককী তাৎপর্য্যদি অসিনি—ঈশ্বরদি মায়াগী মপুনি হায়বদি মায়'না মহাক্কী মথা পোল্লি, তৌইগুম্বগুং জীবদি মায়াগী মথা পোনবনি। অতুন'দি জীব অমসুং ঈশ্বরগী স্বরূপ অভেদ ওইবদি ইয়া য়াদে। মরমদি অনী অসিগী মশক থাঙ্গৈশেংনা তোঙাম্নদবা ওইরবদি ঈশ্বরসু মায়াগী মথা পোনবনি হায়বা তারক্লি। অতুনা জীবদা লৈবা দোষ অতু ঈশ্বরদসু লৈবা তাবক্লি। অনীগুবা শ্লোককী তাৎপর্য্যদি অসিনি—গীতা শাস্ত্রন' জীববু ঈশ্বরগী শক্তিনি তাক্লি, অদুগুম্ব জীবগ ঈশ্বরগা অভিন্ননি ( তোঙাম্নদবনি ) হায়বা য়াদে। শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতগী অতৈ অতৈ মফমদসু ফংই "কাহা পূর্ণানন্দৈশ্বর্য্য কৃষ্ণ মায়েশ্বর। কাহ ক্ষুদ্র জীব দুঃখী মায়ার কিঙ্কর।।" ( অন্ত্যখণ্ড ৫ম পরি ) শ্লোক অসিসু জীব অমসুং ঈশ্বরগী মশক তোঙাম্নদে ( অভিন্ননি ) হায়ববু ককথংপ শ্লোকনি। অতুনা শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতগী মথক্তা থাঙ্গৎখ্রিব' শ্লোকতা "ভেদা ভেদপ্রকাশ" হায়বা য়াহৈ অসিনসু শাস্ত্রদা জীবগী ঈশ্বরগা ভেদপ্রকাশ অমসুং অভেদপ্রকাশ অনীমক লৈ হায়বসি তাৎপর্য্যনি খণ্ডনগনি। শ্রীজীব গোস্বামীনা "অভেদনির্দ্দেশ" হায়ব য়াহৈনা অভেদপ্রকাশবু য়াথি। শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতদা য়াওরিবা অভেদপ্রকাশ হায়বদু মসিমক্লি।

মফম অসিদা করিগীদমক "প্রকাশ" শব্দ প্রয়োগ তৌরম্বনো ? মহাক্কী অর্থ অমসুং প্রয়োজন কবিনো ? হায়বসি থন্দবা য়াদবা

অমনি। শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতগ্রন্থদা ঈশ্বরবু মৈরিকনা চাকপা মৈগুম্বনি, অমস্তুং জীববু মৈরীককুম্বনি তাক্লিবা অসিনা জীব অমস্তুং ঈশ্বরগী স্বরূপাভেদনি হায়বদি থঙ্বা য়াদে। মরমদি অতৈ অতৈ শ্লোকনস্তু অনীমক্কি স্বরূপগী অভেদ লৈতে হায়বদি তাকখ্রবনিনা অনীমক অসি মৈগা মৈরিক্কা অনীগুম্না মান্নবা য়াবা মথৈ মান্নবনি। জীব, নিত্য অমস্তুং চৈতন্য পদার্থনি, অদুনা ঈশ্বরদগী পোকপা নত্তবনিনা অমস্তুং মাঙ্বা য়াদবনিনা মৈরিক্কা মান্নে হায়বা অসিস্তু অয়াম্বা শরুক্তো নত্তে। জীববু ঈশ্বরগী অংশনি হায়রবস্তু অদুনা মরম ওইদুনা মথোয় অনীবু স্বরূপাভিন্ন (খেন্নদবা) নি হায়বসি ওইবা য়াদে। মরমদি জীবদি ঈশ্বরগী শক্তি বিশেষনি, মরম অসিমক্কনা তোঙান্নরবস্তু ঈশ্বরগী অংশনি হায়বতনি। শ্রীবলদেব বিদ্যাভূষণনা মসিমক হায়খি অমস্তুং মহাক্না গোবিন্দভাষ্যদা মাধ্বগী মত মতুং ইন্না জীববু ঈশ্বরগী তোঙ্ঙানবা শরুক অমনি হায়খি। জীবনা ঈশ্বরগী বিভিন্নাংশ ওইবনা অনীগী মশক তোঙঙান্নদবা ওইবা য়াদে। শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতগ্রন্থদস্তু ঈশ্বরগী অবতারশিংনা মহাক্কী (ঈশ্বর) স্বাংশনি, অমস্তুং জীবশিংনা মহাক্কী বিভিন্নাংশনি হায়খি—"স্বাংশ বিস্তার চতুর্ব্যূহ অবতারগণ। বিভিন্নাংশ জীব তাহার শক্তিতে গণন॥" (মধ্যম খণ্ড ২২শ পরিচ্ছেদ)। মরু ওইবা য়াদি শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতগী করিগুম্বা শ্লোক অমত্তনা শ্রীচৈতন্যদেববু নিম্বার্কগী মত মতুং ইন্না জীব অমস্তুং ঈশ্বর অনীমক স্বরূপতা ভেদাভেদবাদীনি হায়বসি থঙবা ঙমদে। গ্রন্থ অসিগী শ্লোক ময়াম উরগা মহাক্কি মাধ্বমত মতুংইন্না জীব অমস্তুং ঈশ্বর অনী অসি স্বরূপতা ভেদবাদীনি হায়বা থঙবা ঙম্মি। অদুমকপু বিষয় অসিদা মহাক্কী অশেংব মত লেপ্পা তারবদি মহাক্না (শ্রীচৈতন্য-

দেব ) ভক্ত চূড়ামণি প্রভুপাদ সনাতন গোস্বামীদা শ্রীমুখমক্না তাক-পিথিবা মাগী সিদ্ধান্ত অতুগুম্বা সনাতনগী মকমদগী শিক্ষা ফংজরবা মাগী ভ্রাতুষ্পুত্র—শ্রীজীব গোস্বামীনা অমস্তুং চৈতন্যসম্প্রদায়রক্ষক শ্রীবলদেব বিদ্যাভূষণনা মরম অসিদা করম্বা সিদ্ধান্ত তৌথিবগে হায়বতু অহানবদা থণ্ডদবা য়াদে।

শ্রীচৈতন্যদেবনা নিম্বার্কগী মত মতুং ইন্না জীব অমস্তুং ঈশ্বরগী স্বরূপাভেদ য়াথিদে, মাধ্বমত মতুং ইন্না জীব অমস্তুং ব্রহ্মগী স্বরূপ ভেদবাদমক্তবু য়াথি। মাধ্বমতকা শ্রীচৈতন্যদেবগী মতকা করিগুম্বা মকমদা থেন্নবা লৈরবস্তু মতাং অসিদদি শ্রীচৈতন্যদেবনা মাধ্বমতবু লৌথি। অসিগী মতুং ইন্না মহাক্কী সম্প্রদায়রক্ষক শ্রীজীবগোস্বা-মীনচিংবশিংনস্তু হায়খ্রিবা মাধ্বমত-মক্তবু সমর্থন তৌথিমান্নে নীংই। মসিগী মবম মথং মথং হায়জগে—শ্রীবলদেববিদ্যাভূষণ মহাশয়না শ্রীজীব গোস্বামীপাদগী "তত্ত্বসন্দর্ভ" গী টীকাগী মঙ্গলাচরণগী অহানবা শ্লোকতা শ্রীচৈতন্যদেবগী মকমদা ভক্তি উৎলগা অনীশুবা শ্লোকতস্তু মধ্বাচার্য্যগী মকমদস্তু ভক্তি উৎলম্মি। মহাক্না মকম অতুদা নিম্বার্ক নত্রগা অতৈ কনাগুম্বা বৈষ্ণবাচার্য্য অমত্তংগী মিং পল্লমদে। অসিগী মথক্তা শ্রীজীব গোস্বামীনস্তু "তত্ত্বসন্দর্ভ" দা "শ্রীমধ্বাচার্য্যচরণৈঃ" নচিংবা অমস্তুং "তত্ত্ববাদগুরূণাং" "শ্রীমাধ্বাচার্য্যচরণানাং" নচিংবা সন্দর্ভনা মধ্বাচার্য্যগী মকমদা থোইদোকপা ভক্তি উৎলম্মি। মকম অতুদা টীকাকার শ্রীবলদেববিদ্যাভূষণ মহাশয়না, মধ্বাচার্য্যগী মকমদা শ্রীজীব গোস্বামীনা থোইদোক্না ভক্তি তৌথিবগী মরম "স্বপূর্বাচার্য্যত্বাৎ" হায়না ইরম্মি। অতুনদি মহাক্কী অসিগুম্ব য়াহৈ অসিনস্তু শ্রীজীব-গোস্বামীনা জীব অমস্তুং ঈশ্বরগী স্বরূপতি পুমতোং তোঙতান্নবনি

হায়রবসি মাগী পূর্বাচার্য্য ওইবা মধ্বমুনিগী মতদবু লুনা লৌদুনা সমর্থন তৌখিবনি খণ্ডিত। মধ্বাচার্য্যনা শ্রীবিষ্ণুবু পরতত্ত্ব ( খ্‌াইদগী হেনবা ) নি হায়রবস্থু শ্রীবলদেবনদি পরিপূর্ণ শক্তি ওইবা স্বয়ংভগবান্‌ শ্রীকৃষ্ণনা পরতত্ত্বনি হায়খি। শ্রীচৈতন্যদেবগী মত অসিবু মাগী সম্প্রদায় ওইবা প্রভুপাদ শ্রীজীবগোস্বামীনচিংবনস্থু সমর্থন তৌখি। জীব অমস্থুং ব্রহ্মাগী স্বরূপ লেপ্পদদি মধ্বমুনিগী মত শ্রীচৈতন্যনা অমস্থুং শ্রীজীবনচিংবা গোস্বামীশিংনা লৌরবস্থু পরতত্ত্ব লেপ্পগী মতাংদদি থেম্নরে হায়বসি খণ্ডবা ওয়ে।

শ্রীজীবগোস্বামীনা "তত্ত্বসন্দর্ভ" দা জীবগী স্বরূপবর্ণন তৌখ্রবা মতুংদা অসিগুম্বা জীব সমূহগী মশক্তি চিন্মাত্রনি। অসিগী সজাতীয়ত্ব অমস্থুং অংশিত্ব ওইবদগী অদুগুম্ব জীব স্বরূপতগী অভিন্ন ওইবা ব্রহ্মতত্ত্বনি—অসিমক গ্রন্থ অসিগী বাচ্য ( প্রতিপাদ্য ) নি। মকম অসিদা ইহান হানবদা খণ্ডবা য়াদবদি—শ্রীজীব গোস্বামীনা ব্রহ্মতত্ত্ব তাক্কে তৌবদা ইহান হানবদা জীবস্বরূপপু তাক্লম্বা করিগীনো ? হায়বসিগী মরম তাকপদা হায়খ্রিবা সন্দর্ভ অসিনা ব্রহ্মতত্ত্ব খণ্ডবা তারবদি জীবগী মশক খণ্ডবা য়াদে হায়না ফোংদোক্লম্মি।

মহাক্না জীবগী মপৈ অসিবু অনন্তশক্তিনা তিল্লবা ব্রহ্মগী প্রধান শক্তি অমনি হায়খি। গৌড়ীয়বৈষ্ণবাচার্য্যশিংনা শ্রীচৈতন্যদেবগী মত মতুংইন্না ভগবদ্‌গীতাগী ৭ম অধ্যায়গী ৫ম শ্লোক—"অপরেয়মিতস্ত্বন্যাং প্রকৃতিং বিদ্ধি মে পরাম্‌। জীবভূতাং মহাবাহো যয়েদং ধার্য্যতে জগৎ ॥" অমস্থুং বিষ্ণুপুরাণগী "বিষ্ণুশক্তিঃ পরা প্রোক্তা" অসিনচিংবনা অমস্থুং অসিগুম্ব শাস্ত্র কয়াগী প্রমাণনা জীবশিংবু ঈশ্বরগী শক্তিনি হায়না সিদ্ধান্ত তৌখি। মশীং লাকতমদ্রবা জীব

চৈতন্য অসি ঈশ্বরগী সৃষ্টিনচিংবা থবক্কী সহায়নি, জীব লৈত্রবদি মাগী সৃষ্টিনচিংবা অমসুং লীলানচিংবা ওইবা য়াদে। মরম অসিনা জীববু মহাক্কী শক্তিনি হায়রম্বনি। "ঈশ্বরঃ সর্বভূতানাং হৃদ্দেশে হর্জুন তিষ্ঠতি। ভ্রাময়ন্ সর্বভূতানি যন্ত্রারূঢ়ানি মায়য়া॥ ভগবদ্‌গীতাগী (১৮। ৬১) বচন অসিদা জীবশিংগী হকচাং খুদিংদা ঈশ্বর মথন্দনা অন্তর্য্যামীগী মশক ওইনা মতম পূম্নমক্তা লৈরি। অসিগুম্না হকচাং খুদিংদা জীবচৈতন্য অমমম্না ঈশ্বর অত্তগী মথাপোন্দুনা মাগা লোয়ননা মতম খুদিংদা তিন্নতুনা লৈ। অতুনদি জীব হায়বসি ঈশ্বরগা মতম পূম্নমক্তা তিন্নরবা (থানত্রবা) শক্তি অমনি হায়বা য়াই।

হায়খ্রিবা জীবশক্তি অসি ঈশ্বরগী নিত্যবিশেষণনি, মরমদি ঈশ্বরদি মতম খুদিংদা হায়বিবা শক্তি অসিনা তিনবনি, মাগী অচুম্ব অনন্তশক্তিদগী করিগুম্বদসু তোঙডানবা লৈতে। শক্তিমানবু হুন্দোক্তুনা শক্তিনা করিগুম্বদসু লৈবা ঙমদে। জীবনচিংবা অনন্তশক্তিন-তিনবা চৈতন্য অত্তুমক ঈশ্বরনি। মহাক্কী নিত্যবিশেষণ ওইবা অনন্ত-শক্তিবু থাদোক্তুনা শুদ্ধচৈতন্যগী মশাদা ঈশ্বরত্ব লৈতে, মথক্কী বাস্তব শক্তিনা তিনবা ঈশ্বর চৈতন্যদগী অতোপ্প ব্রহ্মতত্ত্ব লৈতে—সিদ্ধান্ত অসি ফোংদোক্লকপদা মথক্কী তাৎপর্য্য অসিদা শ্রীজীব গোস্বামীনা জীবশক্তিবু ঈশ্বরগী নিত্যবিশেষণ ওইবা অংশনি অমসুং ব্যষ্টিনি হায়না ইরম্মি অমসুং ব্রহ্মতত্ত্ববু অসিনি হায়না খণ্ডবা তাবদা জীবগী মশক ওইবা—মাগী শক্তিবু খংদবা য়াদবনি। মরম অতুনা মহাক্না মথক্তা জীব স্বরূপ তাকপনি হায়বসি ফোংদোকখি। তোইশুম্বসুং মফম অত্তুদা ব্রহ্মবু জীবদগী তোঙডান্দে হায়বদি হায়দে। মরমদি মহাক্না মফম অত্তুদা ব্রহ্মবু জীবস্বরূপতগী অভিন্ননি হায়গে হায়তুনা ইখি

"তয়ৈবাকৃত্যা তদংশিত্বে তদভিন্নং সত্ত্বম্" মফম অসিদা খন্দুবা চুম্মি—হায়খ্রিবা য়াহৈ অসিদা ব্রহ্মদা জীবগী সজাতীয়ত্ব অমস্মুং অংশিত্ব লৈবদগী অভেদনি হায়বনি। ব্রহ্মস্মু চৈতন্যস্বরূপনি, জীবস্মু চৈতন্য স্বরূপনি, অদুনা চিৎস্বরূপ ওইনা ব্রহ্ম জীবগী সজাতীয়নি অমস্মুং জীবনা ব্রহ্মগী নিত্যসিদ্ধবিশেষণনি, কৈদৌঙৈদস্মু ব্রহ্মনা জীব শক্তিদগী তোপ্পা লৈতে, জীব শক্তিবু থাদোক্তুনা নির্বিশেষ ওইবা নিঃশক্তি ওইবা—চৈতন্যভাক্তগী অস্তিত্ব লৈতে। মরম অসিনা ব্রহ্মবু জীবগী অংশীনি, জীববুনা ব্রহ্মগী অংশনি অমস্মুং ব্যষ্টিনি হায়খি। অদুনা ব্রহ্মতত্ত্ব অসি জীবগী সজাতীয়ত্ব ওইবা অমস্মুং অংশী ওইব মরমদগী জীবদগী অভিন্ননি হায়বমথৈদি য়াই, তৌইগুম্বস্মুং মতুদা জীব অমস্মুং ব্রহ্মগী স্বরূপমক্তি অভিন্ননি হায়বদি য়াদে। অদু ওইরবদি শ্রীজীব-গোস্বামীনা মফম অসিদা "স্বরূপতস্তদভিন্নম্" হায়দনা "তয়ৈবাকৃত্যা তদংশিত্বেনচ তদভিন্নম্" করিগীদমক হায়রম্বনো? অসিমস্মু বিচার মুম্না তৌফম থোকই।

টীকাকার শ্রীবলদেববিদ্যাভূষণ মহাশয়না মথক্কী য়াফম অসিদা শ্রীজীবগোস্বামীগী তাৎপর্য্যবর্ণন তৌগে হায়বগীদমক ইবিখি—"অংশঃ খলু অংশিনো ন ভিদ্যতে পুরুষাদিব দণ্ডিনো দণ্ডঃ" চৈশু পায়বা নিপাদগী মাগী বিশেষণ ওইবা চৈশুনা তোঙভান্না তাদুনা লৈতে, তাদুনা লৈরবদি মহাকপু চৈশু পায়বা নিপা হায়বা য়াদবগুম্না, ঈশ্বর-দগী মহাক্কী নিত্যবিশেষণ ওইবা জীবস্মু তোঙভান্না তাদুনা লৈতে, অদু ওইরবদি মাবু ঈশ্বর হায়বা য়াদে। অদুনা ঈশ্বরবু অংশীনি, জীবশক্তিবুনা মাগী অংশনি হায়খি। দণ্ডীপুরুষগী বিশেষণ ওইবা দণ্ডবু মাগী অংশনি হায়খি। দণ্ডীপুরুষগী বিশেষণ ওইবা দণ্ডবু মাগী

অংশনি হায়বগুম্না ঈশ্বরগী নিত্যসম্বন্ধ ওইবা বিশেষণ জীব শক্তিবু মাগী অংশনি হায়বনি। তৌইগুম্বস্থুং দণ্ডীপুরুষ অমস্থুং দণ্ড অনীগী স্বরূপ (মশক) তা অভেদ লৈতবা হায়বদি—ভেদ লৈবা অদুগুম্না জীব অমস্থুং ঈশ্বরগী স্বরূপ অভেদ লৈতে হায়বদি ভেদ লৈ।

মরু ওইবা ৱাদি মতাং অসিদা বিত্তাভূষণ মহাশয়না দণ্ডীপুরুষ অমস্থুং দণ্ডবু অংশী অমস্থুং অংশগী দৃষ্টান্তগী মশক ওইনা উল্লেখ তৌরম্বসিনা অংশী ওইবা ঈশ্বর অমস্থুং অংশ ওইবা জীবগী স্বরূপ তি দণ্ডীপুরুষ অমস্থুং দণ্ডগী মতৌগুম্না পূমথেন থেৱৈ হায়বা উৎপদনা মহাক্কী উদ্দেশ্যনি হায়না খণবা য়াই। অসি নত্রবদি মহাক্না অতৈ অতৈ দৃষ্টান্ত পীদনা অসিমক্তবু দৃষ্টান্ত ওইনা করিগী উৎলম্লিবনো? অমস্থুং অনীগী স্বরূপ অচু অভিন্ননি হায়বা পক্কদা মহাক্কী অসিগুম্ব দৃষ্টান্ত অসি মতৌ করম্না চানগদগে? অসিমস্থু থন্নবা য়াবনি। হৌজিক অংশী অমস্থুং অংশগী স্বরূপ অসি থাঙ্গৈশেংবা ভিন্ননি হায়বসিনা মাগী সিদ্ধান্ত ওইরবদি মথক্তা উৎখ্রিবা টীকা সন্দর্ভদা "ন ভিত্ততে" অসিগী ব্যাখ্যাদি "ন বিত্ততে" নি হায়না খণ্নগনি। বিয়োগ নত্রগা বিভাগ অর্থদস্থু ভিদ্ধাতুগী প্রয়োগ উই, মসি অপ্রামাণিক নত্তে। শ্রীজীবগোস্বামীনস্থু "তত্ত্বসন্দর্ভ" দা মথক্তা জীব অমস্থুং ঈশ্বরগী অভেদ তাকপা শাস্ত্রগী বিরোধ পরিহারগীদমক জীবগা ঈশ্বরগা অনীমক চৈতন্যগী মশকডাক্তা ওইবদগী অভেদনি হায়বা ৱাডাং অসিনস্থু মহাক্কী মতদা জীব অমস্থুং ঈশ্বরগী থাঙ্গৈশেংনা অভেদ লৈতে খণবা ঙম্মি।

শ্রীজীবগোস্বামীনা শাস্ত্রগী মন্থুংদা জীব অমস্থুং ঈশ্বরগী মশক তোভডাম্নদবনি হায়না তাক্লুবগী মরম অতৈ অতৈ কয়াস্থু উৎপিখি।

মহাক্কী মতদদি জীব অমস্থুং ঈশ্বরবু তোঙাম্নদবা নত্তে ( তোঙঙাম্নে ) হায়না তাক্লগা মহাক্না তোঙাম্নদে তাকপা শাস্ত্রগী বিরোধপরিহার তৌরকপদা জীব অমস্থুং ঈশ্বর অনী অসি তোঙাম্নবনা অচুম্বা ওইর-বদি শাস্ত্রদা করিগীদমক অভেদ ওইনা তাক্লিবনো ? হংলকপদা পাউখুম ওইনা হেতু কয়ামুক অত্থু উৎখি।

মফম অদুদা টীকাকার বলদেববিদ্যাভূষণনস্থ দৃষ্টান্তনা থোঙ ওইদুনা শ্রীজীবগোস্বামীগী বক্তব্য খণ্ডহল্লগা মহাক্কী অরোইবদা মরু মরু ওইবা বক্তব্য তরু তরু ফোংদোক্না উৎলকপদা ইরম্মি—"তথাচাত্র ঈশ জীবয়োঃ স্বরূপাভেদো নাস্তীতি সিদ্ধম্।"

মহাক্না দৃষ্টান্তনা থোঙ্ ওইদুনা মথক্কী সিদ্ধান্ত অসি খণ্ডহল্লম্মি ব্রাহ্মণমচা অনীথক নৈ অমনা মুন্ই, অমনা ঙোই। অদুম্নদি ওইরগা ব্রাহ্মণ ঙাক্কনিনা ( ব্রাহ্মণজাতি ঙাক্কনিনা ) ব্রাহ্মণজাতিরোমদা য়েংলবদি অনীমক অভিন্ননি ( তোপ্পবনি ), মীশক্লোমদা য়েংলবদি ভিন্ন ( তোপ্পনি, ) অদুগুম্না জীবস্থ চৈতন্যনি, ব্রহ্মাস্থ চৈতন্যনি, অদুনা অনীমক চিৎকী মশক ওইনা জাতি অমত্তনি হায়দুনা অভেদ ওইনা তাকপনি, তৌইগুম্বস্থুং জীব অমস্থুং ঈশ্বর অনী অসি মশকমক তোঙঙান্নদবনি হায়বদি নত্তে।

মফম অসিদা শ্রীবলদেববিদ্যাভূষণ মহাশয়না মথক্কী দৃষ্টান্ত অসিনা শ্রীজীবগোস্বামীগী মথক্কী সিদ্ধান্তমক্তবু সমর্থন তৌবা অমস্থুং তরু তরু ফোংদোক্লম্বা অসিনা জীব অমস্থুং ব্রহ্মাগী মশক ভিন্ন অমস্থুং অভিন্ননি ( ভেদাভেদবাদ ) হায়বদি মথোয়গী সিদ্ধান্ত নত্তে হায়বা খঙ্বা ঙম্মি। অসিদস্থ নত্তনা শ্রীবলদেববিদ্যাভূষণ মহাশয়না মহাক্কী "সিদ্ধান্তরত্ন" গ্রন্থগী নিপানগুবঃ পাদদা ভেদাভেদবাদ কৌবা মত

অসি উৎলম্লগা থগুন তৌরম্মি। মফম অত্তুদা মহাক্সা জীব অমস্মুং ব্রহ্মগী মশক অসি তোঙডান্নব্রবদি দোষ লৈ হায়নস্মু হায়রম্মি, অত্তুনা অনী অসিগী মশক তোপ্তবনা অচুম্ব ওইরবদি মসি থণ্ডলুবদগী ঈশ্বরগী মফমদা ভক্তি তৌবা য়ারোইদোরে হায়বা অসি মফম অয়াম্বদা হায়রম্মি। মরম অসিদা মাধ্বগী সিদ্ধান্তমক্তবু সমর্থন তৌত্তুনা ভক্তিবু সমর্থন তৌরম্মি। শাস্ত্রদা জীব অমস্মুং ঈশ্বরগী মশক তোঙডান্নদবনি হায়না তাক্লিবদি করিননো হায়বসি থণ্ডহনগে হায়বগীদমক মহাক্সা (শ্রীবলদেব) সিদ্ধান্তরত্নগী মমৈদা মরম য়াম্মা উৎলম্মি।

শ্রীজীবগোস্বামীনা "পরমাত্মসন্দর্ভ" দস্মু শাস্ত্রদা জীব অমস্মুং ঈশ্বরগী ভেদ উৎপগুম্না অভেদ উৎপস্মু লৈ হায়না য়ারগা অনীমক্কি সামঞ্জস্য উৎলকপদা হায়খি—শক্তি অমস্মুং শক্তিমান্ মহৈ মহৈ চঙডুনা লৈনবদগী অমস্মুং শক্তিমান্ নত্তনা শক্তি লৈতবদগী, জীব অমস্মুং ঈশ্বর অনীমক চৈতন্যস্বরূপ ওইবদগী শাস্ত্রদা করি করিগুম্বা মফমদা জীব অমস্মুং ঈশ্বর অনীমকপু অভিন্ন ওইনা তাকপনি। মমৈদা মহাক্সা অসিমস্মু তাক্লম্মি—জ্ঞান ফংনিংবা অধিকারী অথম্বব থরগীদমক শাস্ত্রদা করি করিগুম্বা মফমদা জীব অমস্মুং ঈশ্বর অনীমক্কি অভেদ তাকপনি। মমৈদা ভক্তিসন্দর্ভগী মমুংদা মহাক্সা কৈবল্য (মুক্তি) পাম্বা অধিকারীশিংগী মুক্তি ফংননবগী মরম জ্ঞানামিশ্র-ভক্তিস্মুনি তাক্লম্মি, অমস্মুং মফম অত্তুদা "অহংগ্রহোপাসনা" হায়বদি "সোঽহম্" হায়বা জ্ঞানগী মশক ওইবা উপাসনাদি শুদ্ধভক্তশিংগী মফমদদি তাথিব থবক্নি, মথোয়না করিগুম্বদস্মু উপাসনা অসি ঈতৌ তৌদে হায়বস্মু হায়রম্মি। অত্তুনা কৈবল্য মুক্তিদি লৈ, অধিকারী বিশেষশিংগী সাধনাগী ফলনি।

কৈবল্যমুক্তিমতুনা পরম পুরুষার্থনি খন্নুনা পামজরিবশিংনা জীব অমসুং ঈশ্বরগী মশক অমত্তনি হায়বা জ্ঞান অসি ফংনবগীদমক "সোঽহং" জ্ঞানগী মশক ওইবা উপাসনা অসি তৌই, অমসুং মথোয়গী নীংজবা থুংনবগী উপায়দি মথক্কী উপাসনা অসিনি হায়বসিসু শ্রীজীবগোস্বামীনসু য়ারম্মি। "শ্রীচৈতন্যচরিতামৃত" গ্রন্থদা কৃষ্ণদাস কবিরাজ মহাশয়নসু "নির্বিশেষ ব্রহ্ম সেই কেবল জ্যোতির্ময়। সাযুজ্যের অধিকারী তাহা লয় পায়॥" (আদিখণ্ড ৫ম পরিচ্ছেদ)। ঈশম শব্দ য়াবু অসিনি—জীব অমসুং ঈশ্বরগী মশক্তি ভিন্ননি (তোঙ-ডান্নবনি) হায়বসিনা থাজৈশেংবা অচুম্বনি হায়না সিদ্ধান্ত তৌখি।

মহাক্না পরমাত্মসন্দর্ভদা জীব অমসুং ঈশ্বরগী স্বরূপপু অভিন্ন ওইনা উৎলুবগী মরম তাক্লগা মহাক্কী অনুব্যাখ্যা "সর্বসংবাদিনী" গ্রন্থদা তক্ক তক্কনা মথক্কী সিদ্ধান্ত অসি কোংদোকপদা হায়খি "অদেবমভেদং বাক্যং দ্বয়োশ্চিদ্রূপত্বাদিনৈব একাকারত্বং বোধয়তি নতু বস্তৈ্বক্যম্" হায়বদি "তত্ত্বমসি" "অহং ব্রহ্মাস্মি" নচিংবা অভেদ বোধক বাক্যশিং লৈরিবসিদি অধিকারীবিশেষশিংগী উপাসনাবিশেষ-শিংগীদমক জীব অমসুং ঈশ্বরগী চৈতন্যত্বনচিংবা কারণদগী একাকারত্ব হায়বদি একজাতীয়ত্ববু তাকপনি, তৌইগুম্বসুং পোৎশক অনী অসি অমত্তনি তাকপদি নত্তে।

শ্রীজীবগোস্বামীনা "সংবাদিনী" গ্রন্থদা মহাক্কী পরমাত্ম সন্দর্ভগী সিদ্ধান্তবু সমর্থন তৌহুনা উপসংহারদা হায়খি "তস্মাৎ তত্তদসম্ভাবাৎ ব্রহ্মণো ভিন্নান্তেব জীবচৈতন্যানীত্যায়াতম্" অমসুং "তস্মাৎ সর্বথাভেদ এব জীবপরযোঃ" মফম অসিদা "ভিন্নান্তেব" "ভেদ এব" এব শব্দ অনী অসিনা স্বরূপকী অভেদবু ককথৎপনি হায়বা ঈকোং কোংনা

খণ্ড্ই, অমস্তুং "ন বক্তে্ক্যম্" য়াহৈ অসিনা জীব অমস্তুং ঈশ্বর অনীমক পোৎশক অমত্তুদি নত্তে হায়বস্তু ইকোং কোংনা খণ্ডিও। অদুনদি শ্রীজীবগোস্বামীনা মাধ্বমত মতুং ইন্না জীব অমস্তুং ঈশ্বর অনীগী মশক্তি পূমতোপ তোম্নি হায়না সমর্থন তৌখি হায়বসি ঐখোয়না চিংনদে অমস্তুং শ্রীজীবগোস্বামীনা হেতু ময়াম উস্তুনা শাস্ত্রদা জীব.অমস্তুং ঈশ্বরগী মশক অভিন্ন উৎখিবদু শ্রীচৈতন্যচরিতা-মৃতগী হায়খ্রিবা শ্লোকতা "ভেদাভেদপ্রকাশ" য়াহৈ অসিদা "অভেদ-প্রকাশ" হায়খি হায়বসি ঐখোয়না খণ্ড্বা ওম্মি। মরমদি মথক্কী কারণশিং অসিদগী জীব অমস্তুং ঈশ্বরগী স্বরূপগত অভেদ লৈত্তে, থাঙ্গেশেংব ভেদমক্তা লৈ হায়বসি শ্রীচৈতন্যদেব অমস্তুং মহাক্কী সম্প্র-দায়রক্ষক শ্রীজীবগোস্বামীনচিংবা গৌড়ীয়বৈষ্ণবচার্য্যাশিংগী সিদ্ধান্তনি হায়না ঐখোয়না চিংনদনা খণ্ডিও।

মতাং অসিদা অসিমস্তু শোয়দনা নীংশিংহোদবা য়াদবা অমদি — জীব অমস্তুং ঈশ্বরগী স্বরূপতা ভেদস্তু অভেদস্তু লৈ, মহাক্কী অচিন্ত্য-শক্তিদগী মণ্ডোম্দা ভেদ অমস্তুং অভেদ লৈবদা করিস্তু বিরোধ লৈত্তে হায়বসি নিম্বার্কসম্প্রদায়না য়ারবা জীব ঈশ্বর অনীগী ভেদাভেদবাদ অমদি দ্বৈতাদ্বৈতবাদনি। জীব অমস্তুং ঈশ্বরগী স্বরূপতা অভেদ স্বীকার তৌদনা অনী অসিগী একজাতীয়ত্বনচিংবা লৈবদগী অভেদনি হায়রবাদি মত অসিবু ভেদাভেদ হায়বা য়াদে। অদু ওইরবদি নৈয়ায়িকনচিংবা সম্প্রদায়বুস্তু ভেদাভেদবাদীনি হায়বা তাই। মরমদি মখোয়গী মতদস্তু চৈতন্যত্ব ওইনা অমস্তুং আত্মত্ব ওইনা জীব অমস্তুং ঈশ্বরদা একজাতীয়ত্ব লৈ। একজাতীয়ত্ব লৈবদগী মখোয়নস্তু জীব, ঈশ্বর অভিন্ননি হায়বা য়াই। অদুবু ব্যক্তিগত অভেদ লৈতনদি ভেদাভেদবাদ

হায়বা য়াদে। ব্যক্তিগত ভেদ, অভেদ য়ারবতদা ভেদাভেদবাদ হায়বা য়াই।

নিম্বার্কস্বামীনা সিদ্ধান্ত অসি স্বীকার তৌবদগী মহাক্কী মতবু ভেদাভেদবাদ হায়খি। তৌইগুম্বস্থুং মথক্তা হায়খ্রিবা গৌড়ীয়বৈষ্ণবাচার্য্যশিংনা জীব ঈশ্বরগী ব্যক্তিগত অভেদবু খণ্ডন তৌখি। অদুনা ভেদাভেদবাদীবুসু খণ্ডন তৌখি। মরম অসিনা মাধ্বমতমক্তবু সমর্থন তৌদুনা তক্ক তক্কনা ফোংদোকখ্রবনিনা মখোয়বু জীব অমস্থুং ঈশ্বরগী ভেদাভেদবাদী অমস্থুং অচিন্ত্য ভেদাভেদবাদীনি হায়বা য়াদে। তৌইগুম্বস্থুং শ্রীজীবগোস্বামীনা "সর্বসংবাদিনী" গ্রন্থদা উপাদান কারণ অমস্থুং মহাক্কী কার্য্য অনীমক্কি ভেদ অভেদগী মরমদা নানামত উল্লেখ তৌরগা মমৈদা কনাগুম্বা সম্প্রদায়নদি উপাদান কারণ অমস্থুং মহাক্কী কার্য্য অনীমক্কি অচিন্ত্য ভেদাভেদ হায়বা য়াই হায়না হায়রম্মি।

মফম অদুদদা মহাক্কী বাহৈ অসিনা মশামক্কী মতদসু "উপাদান কারণ অমস্থুং মহাক্কী কার্য্যগী অচিন্ত্যভেদ অমস্থুং অভেদ অনীমক অসি অচুম্বা ওইরে হায়বসি খণ্ডবা ওম্মি।" মফম অদুদা মহাক্কা অচিন্ত্য ভেদাভেদবাদ ফোংদোক্কবগীদমক হায়রম্মি; মদুদি—সম্প্রদায় অমা (ব্রহ্মপরিণামবাদী) না তর্ক (যুক্তি) না উপাদানকারণ অমস্থুং মহাক্কী কার্য্য অনীমক্কী ভেদ উৎকে হোৎনক্কবদা মসিনা মচুম্বনি হায়বা য়াবা তর্ক লৈতবনিনা ভেদ পক্ষদা লোইব লৈতবা দোষ উবদগী উপাদান কারণ অমস্থুং কার্য্য অনীমকপু ভিন্ননি হায়না খনবা য়াজদুনা অমুক অভেদ পুখোক্কে হোৎনক্কবদসু তর্কগী লোইবা লৈতবদগী অভেদ পক্ষদসু লোইব লৈতবা দোষ উরক্কুনা উপাদান

কারণ অমসুং কার্য্য অনীমকপু অভিন্ননি হায়না খনবা য়াত্রফুনা ভেদস্বীকার তৌফুনা কার্য্য কারণ অনীমক্কি অচিন্ত্যভেদাভেদবাদ অনিমক স্বীকার তৌখি। শ্রীজীবগোস্বামীগী ৱাহৈ অসিনা হায়খ্রিবা মতবাদীশিং অসিগী তাৎপর্য্যদি অসিনি হায়না খঙ্বা ঙম্মি, মফুদি উপাদান কারণ অমসুং কার্য্য অনীগী ভেদ অমসুং অভেদ পক্ষ অনী-মক্তা তর্কগী অরোইবা লৈতে, করিগুম্বা পক্ষ অমবু তর্ক (যুক্তি) না সিদ্ধ তৌবা ঙমদে। তৌইগুম্বসুং ঘটনচিংবা কার্য্য অমসুং মহাক্কী উপাদান কারণ মৃত্তিকানচিংবগী অমরোমদা য়েংলগা ভেদ, অমুক অমরোমদা য়েংলগা অভেদস্থ লৈ; অসিমস্থ অনুভবসিদ্ধ ওইবনিনা স্বীকার তৌদবা য়াদে। অফুনদি পক্ষ অনীমক্তা যুক্তি য়াম্না লৈনরি-বনিনা তর্ক থাদোক্নুনা হায়রিবা ভেদ অমসুং অভেদ অসি য়াক্কম থোক্লে। তৌইগুম্বসুং তর্ক তৌবা তারবদি পক্ষ অনীমক্তা দোষ মথল মথল উবা ফংই। মরম অসিনা তর্কগী লোইবা নাইদবনিনা ভেদ অভেদ অনীবু ৱাখল তৌরুবা ইয়া য়াদে। অফুনা ভেদ অভেদ অনীবু "অচিন্ত্য" নি হায়না য়াবা তারে। "অচিন্ত্য" হায়বদি তর্কনা ফংবা ঙমদবা।

শ্রীবলদেববিদ্যাভূষণনস্থ "তত্ত্বসন্দর্ভ" গী টীকাগী মফম অম্রদা "অচিন্ত্য" শব্দগী অর্থ "তর্কগী অবিষয়" হায়না ইরম্মি। থাঙ্গৎ-লেংবস্থ "অচিন্ত্য" ওইব পোৎতি তর্কমক্তগী বিষয় ওইদে। শ্রীজীব-গোস্বামীনচিংবনস্থ মফম অয়াম্বদা মসি সমর্থন তৌনবগীদমক "অচিন্ত্যাঃ খলুযে ভাবা ন তাংস্তর্কেণ যোজয়েৎ" বাক্য অসি থাঙ্গৎ-লম্মি। অফুনা কার্য্য অমসুং কারণগী ভেদ অমসুং অভেদ স্বীকার তৌরগা তর্কগী অবিষয়নি হায়রম্বা কাঙ্বু মথোয় অফুনা "অচিন্ত্য

ভেদাভেদবাদ" হায়ে অসি হায়রম্মি। মখোয়গী মত অদুদা কার্য্য কারণগী ভেদ অমসুং অভেদবু তর্কনা সিদ্ধ তৌবা য়াবা মখোয় অদুনা "ভেদাভেদবাদ" হায়ে অসি হায়রম্মি। ভাস্করাচার্য্যনচিংবা ব্রহ্ম-পরিণামবাদী বৈদান্তিক সম্প্রদায় অয়াম্বনা উপাদান কারণ অমসুং কার্য্য অনীগী ভেদ অমসুং অভেদবু তত্ব ( অচুম্ব ) নি হায়খি। শ্রীজীবগোস্বামীনসু অসি ইখি—রামানুজ অমসুং মধ্বাচার্য্যগী মতদদি স্বরূপগতভেদমক্তনি হায়বসিসু মহাক্না হায়খি। মমৈথংদা মশাগী মতদা উপাদান কারণ ব্রহ্ম অমসুং মহাকী কার্য্যজগৎকী অচিন্ত্যভেদ অমসুং অভেদনা অচুম্বনি হায়বা মহাকী হায়না খঙবা ঙম্মি। মহাক্না মফম অদুদা মসিগী হেতু পীরম্মি—"অচিন্ত্যশক্তিময়ত্বাৎ" হায়বদি থন্দুনা থোক্তবা শক্তিনা তিনবদগী মহাকী অতুগুম্বা শক্তিগী প্রভাবনা মরম ওইদুনা মভোন্দা মহাকী কার্য্য ওইবা জগৎকী ভেদ অমসুং অভেদ অনীমক লৈবা য়াই, অসিসু অচিন্ত্য ( থন্দুনা থোক্তবা ) নি।

থাঙ্গৎশেংনা শ্রীজীবগোস্বামীনসু শ্রীচৈতন্যদেবগী মত মতুং ইন্না জগৎপু ঈশ্বরগী পরিণামনি অমসুং সত্যনি হায়না সমর্থন তৌখি। মহাক্না মত অসি সমর্থন তৌবদা হায়খি—"চিন্তামণি কৌবা মণি মথল অমা লৈ। মহাক অদুদগী মাগী অচিন্ত্যশক্তিনা মরম ওইদুনা মশক মরোং হোংদনা সনা পোকই। সনা অদু মাগী সত্য পরিণাম ওইবগুম্বা ঈশ্বরসু মাগী অচিন্ত্যশক্তিনা মরম ওইদুনা করিসু মশক মরোং হোংদনা ( কায়দনা ) জগৎকী মশক ওইনা পরিণত ওই, জগৎ অসি মাগী সত্য পরিণামনি।

মতাঙ অসিদা থনফম থোকপদি ভগবান্ শঙ্করাচার্য্যনা মশাগী স্বমত ওইবা অমসুং অচিন্ত্যশক্তি ওইবা মায়াবু আশ্রয় তৌদুনা জগৎপু

ব্রহ্মগী বিবর্ত্তনি হায়না সমর্থন তৌথি। মায়া অসিগী মহিমানা ব্রহ্মদা মথল মথা অয়াম্বা বিরুদ্ধ কল্পনাবু সমর্থন তৌরগা দোষ পূন্নমক পরিহার তৌথি। অদুগুম্না মথক্তা পনখ্রিবা বৈষ্ণবাচার্য্যশিংনস্থ মথোয়গী নিজসম্মত ওইবা ঈশ্বরগী থাঙ্গেশেংবা অচিন্ত্যশক্তিবু আশ্রয় তৌদুনা জগৎপু ঈশ্বরগী পরিণামনি হায়না সমর্থন তৌথি। ঈশ্বরগী অচিন্ত্যশক্তিগী মহিমানা মঙোন্দা মথল মথা অয়াম্বা বিরুদ্ধগুণনা তিনবদা অকায়বা অমত্তা লৈরোই! শ্রীজীবগোস্বামীনা মরম অসিদা শাস্ত্রগী প্রমাণ উৎথি। মহাক্না সর্বসংবাদিনী গ্রন্থদা অসিমস্থ হায়রম্মি —জগৎ ঈশ্বরগী সত্য পরিণামনি, তৌইগুম্বস্থং ঈশ্বরদি মহাকী অচিন্ত্যশক্তিগী মহিমানা করিস্থ বিকৃত ওইদে। ঈশ্বরগী অসিগুম্ব অচিন্ত্যশক্তি অসি খঙলুবদগী মহাকী মফমদা ভক্তি পোক্কনি। মরম অসিনা মহাকী পরিণাম বাদ অসিমক লৌগদবনি হায়বদি মসিমক্তনা অশেংবা শাস্ত্রার্থনি।

মরুওইবা য়াবু অসিনি—জগৎনা ঈশ্বরগী সত্যপরিণাম ওইরবদি ঈশ্বরনা জগৎকী উপাদান কারণনি, জগৎনা মাগী সত্যকার্য্যনি। অদুনা উপাদান কারণ অমস্থং কার্য্যগী অভেদ সাধক ( তোঙডান্নদবা তাহনব ) যুক্তিনা জগৎ অমস্থং ঈশ্বর অনীগী অভেদ সিদ্ধিদি ওই হায়ববু চেতন ওইবা ঈশ্বরদগী জড় ওইবা জগৎকী ভেদ গুপ্পা লৈতে হায়বদি হায়নিঙাই লৈতে। মরম অসিনা ভেদস্থ অভেদস্থ হায়দবা য়াদে। ভেদ অমস্থং অভেদদা তর্কগী সীমা লৈতে। জগৎকা ঈশ্বরগা অনীগী ভেদ অমস্থং অভেদ লৈ, তৌইগুম্বস্থং মসি অচিন্ত্যনি, তর্কতনা সিদ্ধ তৌবা য়াদে, অদুম্নদি ওইদুনস্থ স্বীকার তৌদবদি য়াদে। মরমদি ঈশ্বরমক্না জগৎকী মশক ওইদুনা পরিণত ওইরবনিনা জগৎ অসি

ঈশ্বরদগী অভিন্ননি হায়না য়াদবা য়াদে। অদুনা জড় জগৎ অসি চেতন ঈশ্বরদগী ভিন্ন ( তোপ্প ) নি হায়বস্থ য়াদবা য়াদে।

শ্রীজীবগোস্বামীগী সর্বসংবাদিনী গ্রন্থগী মথক্তা থাঙ্গৎখ্রিবা সন্দর্ভ অসিনা মহাক্কী মতদা ঈশ্বর অমস্থুং জগৎকী অচিন্ত্য ভেদাভেদ বাদনি হায়বা খণ্ডলবস্থ শ্রীবলদেববিদ্যাভূষণনদি বেদান্তদর্শনগী ২য় অধ্যায়গী ১ম পাদ "তদনন্যত্বমারম্ভণশব্দাদিভ্যঃ" অসিনচিংবা সূত্রগী ভাষ্যদা উপাদান কারণ ব্রহ্ম অমস্থুং মহাক্কী কার্য্য জগৎকী অভেদ-পক্ষমক্তবু সমর্থন তৌরম্মি। অমস্থুং মহাক্না "সিদ্ধান্তরত্ন" গ্রন্থগী ৮ম পাদদা কার্য্য অমস্থুং কারণগী ভেদাভেদ বাদবুস্থ খণ্ডন তৌরম্মি। মহাক্কী গ্রন্থদা ঐথোয়না কার্য্য অমস্থুং কারণগী মথক্তা হায়খ্রিবা অচিন্ত্য ভেদা ভেদবাদস্থ ফংবা লৈতে।

অমবু ওইরবস্থ অমবু ওইরবস্থ ফরে, শ্রীজীবগোস্বামীগী মথক্কী সন্দর্ভ অসিনা মহাক্কী মতদা ব্রহ্ম অমস্থুং জগৎকী অচিন্ত্যভেদা ভেদবাদনি হায়বা খণ্ডলবস্থ মত অসি মহোশাদগী হৌনা বৈদান্তিক সম্প্রদায় কনাগুম্বনা য়ানরক্তবা মতনি হায়বসি মহাক্কী রাহৈদগী য়াম্না তরং তরংনা খণ্ডিও। তৌইগুম্বস্থুং মসি জীব ঈশ্বর অনীগী অচিন্ত্য ভেদাভেদবাদ নত্তে। জীব চৈতন্যনি, মহাক্তি জগৎকুম্না ঈশ্বরদগী পোকপা পদার্থ নত্তে। অদুনা ঈশ্বরনা মহাক্কী উপাদান কারণ নত্তবনিনা মথক্কী যুক্তি অসিনা জীব অমস্থুং ঈশ্বরগী ভেদ অমস্থুং অভেদ অনীমক সিদ্ধ ওইবা ঙমদে। মত অসিদা ঈশ্বরনা জগৎকী মশক ওইনা পরিণাম তৌরবস্থ জীবগী মশক ওইনদি পরিণাম তৌদে, জীবদি ব্রহ্মগী বিবর্ত্তস্থ নত্তে হায়বদি অদ্বৈতমতগী মতুং ইন্না অবিদ্যা কল্পিত নত্তে, অদুনা মথক্কী মত অসিদা জীব অমস্থুং ঈশ্বরগী স্বরূপকী

অভেদ সাধক ওইবা করিগুম্বা যুক্তি অমত্তা লৈতে। অদুগী মথক্তা জীব অমসুং ঈশ্বরগী স্বরূপকী ভেদ সাধক ওইবা বহুশাস্ত্র অমসুং অমসুং বহু-যুক্তি লৈবনিনা ভেদসিদ্ধ ওইরবদা "তত্ত্বমসি" নচিংবা শ্রুতিনা জীব অমসুং ঈশ্বরগী চিংকী মশক ওইনা একজাতীয়ত্ব নত্রগা সাদৃশ্যনচিংবনা তাৎপর্য্যার্থনি খঙগনি। অসিনা মরম ওইদুনা জীব অমসুং ঈশ্বর অনীমক পোৎশক অমত্তনি হায়রবদি খঙলোই। মরম অসিনা শ্রীজীবগোস্বামীনা "সর্বসংবাদিনী" গ্রন্থদা মথক্কী সিদ্ধান্ত অসি সমর্থন তৌরগা হায়রম্মি —"নতু বস্তৈক্যম্" "ব্রহ্মণো ভিন্নান্যেব জীবচৈতন্যানি" "সর্বথা ভেদ এব জীবপরয়োঃ"

শ্রীবলদেববিদ্যাভূষণ মহাশয়নসু শ্রীজীবগোস্বামীগী তত্ত্বসন্দর্ভগী টীকাদা মহাক্কী সিদ্ধান্তব্যাখ্যা তৌরকপদা 'ব্রাহ্মণ অনীগী ব্রাহ্মণত্ব য়েংদুনা অভেদ ওইরবসু ব্যক্তিদদি ভেদ লৈবা অদুগুম্না জীব অমসুং ঈশ্বরগী ব্যক্তিগত অভেদ লৈতে' অসিনচিংবা য়াহৈ হায়রগা উপসংহারদা হায়রম্মি—"অথাচাত্র ঈশজীবয়োঃ স্বরূপাভেদো নাস্তীতি সিদ্ধম্"।

মহাক্কী গোবিন্দভাষ্যগী টীকাগী হৌরকপদা মহাক্না চৈতন্যদেবনা য়াখ্রবা মথক্কী মাধ্বমতকী মতুঙ ইন্না বেদান্তসূত্রগী ব্যাখ্যা তৌখি। শ্রীজীবগোস্বামীনচিংবা গৌড়ীয় বৈষ্ণব দার্শনিকশিংগী গ্রন্থদা মফম কয়ামুক্তা য়াহৈ কয়ামুক ফংই। য়াহৈ অদুনা মরম ওইদুনা মথোয়না মাধ্বমত মতুঙ ইন্দুনা জীব অমসুং ঈশ্বরগী ব্যক্তিগতভেদবাদী থাজৈশেংনা ওইরম্মি অমসুং থাজৈশেংনা ভেদনি হায়বসিদা থাজবদগী ভক্তি সাধন তৌখি অসি খঙবা ঙম্মি। গ্রন্থ বাহুল্য ওইগনি কিদ্দগী অতৈ অতৈ কয়ামুক ইজদ্রে। পাঠকশিংনা মথক্তা—

ইজখিবা বাহৈ পূম্নমক অসি নীংশিংবিরগা মরম অসিদা মথকী সিদ্ধান্ত অসি নির্ণয়গী আলোচনা নীংথিনা তৌবিগনি।

মতাঙ্ অসিদা নীংশিংহোদবা য়াদবদি মধ্বাচার্য্যনচিংবা বৈষ্ণব-দার্শনিকশিংগী মতদদি জীবাত্মা অণুনি। শরীর খুদিংগী ভিন্ননি অমস্তুং অসঙথ্যানি। অতুনা মখোয় পূম্নমকী মতদা জীবগা ঈশ্বরগা অনীগী থাক্নৈশেংনা ভেদ লৈ। জীববু অণুনি অমস্তুং বিভুনি হায়বগী মরমদা ওস্থোক্লা কুইরবা মতমদগী মতভেদ ওইনা লাকই হায়বসি থঙিঙ। শ্রীমদ্ভাগবতকী ১০ম শন্দগী ৮৭শুবা শ্লোকতস্তু মতভেদ অসিগী ইঙ্গিত ফংই। চরকসংহিতাগী শারীরকস্থানগী প্রথম অধ্যায়দা "দেহী সর্বগতো হ্যাত্মা" অমস্তুং "বিভুত্বমতএবাস্য যস্মাৎ সর্বগতো মহান্" (২৬। ২৪) অসিনচিংবা শ্লোকনা চরককী মতদা জীবাত্মা বিভুনি হায়না থঙিঙ। সুশ্রুতসংহিতাগী শারীরস্থানগী প্রথম অধ্যায়দস্তু অহানবদা প্রকৃতি পুরুষবু সর্বব্যাপকনি হায়থি। তৌই-শুম্বস্তুং মতুঙ্দা আয়ুর্বেদ শাস্ত্রদা জীবাত্মাবু অণুনি হায়না উপদেশ তৌই, অসি হায়না সুশ্রুতনা হায়থি।

জীববু অণুনি হায়রিবা সম্প্রদায় খুদিংমক্না "বালাগ্রশতভাগস্য" অসিনচিংবা শ্রুতি অমস্তুং "এষোঽণুরাত্মা" অসিনচিংবা (মুণ্ডক ৩। ১। ৯) শ্রুতিনা জীব অণুনি অমস্তুং নানানি (য়াম্মি) হায়বা সিদ্ধান্ত অসি সমর্থন তৌথি অমস্তুং অতুমক্না জীবগী অমস্তুং ঈশ্বরগী থাক্নৈশেংবা ভেদ সমর্থন তৌথি। মরম অসিনা অমনবু ওইরবস্তু অমনবু ওইরবস্তু জীব ঈশ্বরগী ভেদবাদ অসিদি ওস্থোক্লা কুইরবা তনি হায়বসিদি চিংননিঙাই লৈত্রবনি। মধ্বাচার্য্যনচিংবনদি বেদান্ত-র্শনগী "অবিরোধশ্চন্দনবিন্দুবৎ" (২। ৩। ২৩) সূত্রবু সিদ্ধান্ত

সূত্রগী মশক ওইনা লৌরগা অসিগী তাৎপর্য্যবর্ণন তৌরম্মি—চন্দন-বিন্দু অমনা হকচাংগী মচী অমদা লৈরবস্থু হকচাং পুম্নমক শিনবা থুংবা অত্থুগুম্না হায়বদি হকচাংগী শরুক খুদিংদা চন্দনগী থবক অদু লৈবগুম্না অণু ওইবা জীবনা হকচাংগী মকম অমদা লৈরবস্থু হকচাংগী শরুক খুদিংদা মহাক্কী সুখদুঃখনচিংববু মহাক্না খঙ্ই।

মধ্বাচার্য্যনা মতাঙ অত্থুদা মরম অসিদা ব্রহ্মাণ্ডপুরাণগী বচন অমথক পুথৎলম্মি। শ্রীজীবগোস্বামীনচিংবা গৌড়ীয় বৈষ্ণবাচার্য্য-শিংনস্থু মধ্বাচার্য্যনা লৌথৎলম্বা বচন অসি লৌথৎলম্মি, অসিগী মথক্তা অমুকস্থু "সূক্ষ্মাণা মপ্যহংজীবঃ" বাক্য অসিবু শ্রুতিনি হায়না উত্তুনা শঙ্করাচার্য্যনা লেপখিবা মতবু খণ্ডন তৌত্থুনা মশাগী মতবু সমর্থন তৌখি। তৌইগুম্বস্থুং ভগবান্ শঙ্করাচার্য্যনদি জীবাত্মাবু অণুনি হায়বসি পূর্বপক্ষ ওইনা লৌরগা জীবাত্মা বিভুনি হায়বসিনা অরোইবা সিদ্ধান্ত তৌখি। মগাক্না হায়খি—জীব শ্রুতিনা অণু ওইনা তাক্লম্বগী তাৎপর্য্যদি অসিনি—জীবাত্মা সূক্ষ্মনি হায়বদি দুর্জ্ঞেয়নি খঙবদা লুনা থোকপনি হায়বনি—অণুপরিমাণ নত্তে। নত্রগা জীবাত্মাগী উপাধি ওইবা অন্তঃকরণগী অণুত্ব লৌত্থুনা জীবাত্মাবু অণুনি হায়-খিবনি, জীবাত্মাবু অণুনি হায়বসি ঔপাধিকনি, থাজৈশেংবা নত্তে। মরমদি শ্রুতি কয়া কয়ানা জীবাত্মা মহান্নি, ব্রহ্মাগী মশক্নি হায়না তাক্লি। অত্থুনা জীবাত্মা থাজৈশেংবা অণুনি হায়বসি শ্রুতিসম্মত ওইদে। নৈয়ায়িক, বৈশেষিক, সাংখ্য, পাতঞ্জল, অমস্থুং মীমাংসক সম্প্রদায়না অদ্বৈতবাদী নত্রবস্থু জীবাত্মা বিভুনি হায়বা মত অসি লৌখি। থাজৈশেংনমক "নিত্যঃ সর্বগতঃ স্থাণুরচলোয়ং সনাতনঃ" অসিনচিংব বচননা জীবাত্মা বিভুনি হায়না তরং তরংনা তাক্লি।

বিষ্ণুপুরাণদা সিদ্ধান্ত অসি অমুকস্থু তরং তরংনা তাক্লি। জীবাত্মা বিভুনি হায়বসি থাজৈশেংবসিদ্ধান্ত ওইরবনিনা শাস্ত্রদা করি করিগুম্বা মক্কমদা জীবাত্মা অণুনি হায়না হায়রম্বা অদুগী তাৎপর্য্যাদি মথক্কী তাৎপর্য্য অসিনি খণ্ডনগনি। নৈয়ায়িক, বৈশেষিক, অমস্থুং মীমাংসক সম্প্রদায়নদি জীবাত্মা হকচাং খুদিংদা তোঙাম্না লৈ, অমস্থুং বিভুনি হায়রগা কর্ত্তানি, সুখদুঃখভোক্তানিস্থু য়ারি। মহাক্কা অণু ওইরবদি হকচাংগী মচী খুদিংদা সংযোগ ওইবা য়াত্রবনিনা হকচাংগী মচী খুদিংদা জ্ঞাননচিংবা পোকপা য়ারোইদোরে। কা হেন্না ঈখিবনা মশা থক থক নীক্লবা জীবনা হকচাংগী মচী ময়া পুম্নমক্কা অঈংবা খঙ্বা য়াররোই। মরমদি—অঈংবা খঙ্গদোরিবা জীবাত্মানা অণু ওইবনিনা —হকচাংগী মচী খুদিং থুংনা সংযোগ ওইবা য়াদে। অনিত্য সাবয়ব ওইবা চন্দনবিন্দুনা নিত্য নিরবয়ব ওইবা জীবাত্মাগী দৃষ্টান্ত ওইবা য়াদে।

জৈনসম্প্রদায়গী মতোগুম্না জীবাত্মাগী সঙ্কোচ অমস্থুং বিকাশ স্বীকার তৌরবদি মহাক্কী নিত্যত্ব লৈবা য়াদে। মরমদি সাবয়ব ওইবা অনিত্যপদার্থ নত্তনা সঙ্কোচ অমস্থুং বিকাশ ওইবা য়াদে। অমস্থুং জীবত্মানা অণু ওইরবদি মতোন্দা লৈবা সুখদুঃখনচিংবা প্রত্যক্ষ ওইবা য়াররোই। মরমদি আশ্রয় ( তুংনক্কম ) না অণু ওইরবদি মতোন্দা লৈবা ধর্ম্মবু প্রত্যক্ষ ওইবা য়াদে। অদু ওইরবদি ( আশ্রয়না অণু ওইরবস্থু মতোন্দা লৈবা ধর্ম্মবু প্রত্যক্ষ ওইবা য়ারবদি ) পরমাণুদা লৈবা রূপনচিংবস্থু প্রত্যক্ষ ওইবা য়াথিবা তারে। অসিগুম্বা মখল মখা অয়াম্বা যুক্তিনা নৈয়ায়িকনচিংবা সমপ্রদায়না জীবাত্মাবু বিভুনি হায়না সমর্থন তৌখি। মত অসিগী খণ্ডনদি বেদান্তদর্শনগী ( ২।২।৩৪। ) সূত্রগী শঙ্করভাষ্য অমস্থুং ভামতী টীকা য়েংবিয়ু।

মতাং অসিদা য়াহং অমা—পরমাত্মাগুম্না জীবাত্মানা বিভু ওইরবদি অনীমক্কী সংযোগ সম্বন্ধ ওইবা য়ারোই, অতুগা জীবাত্মা অমসুং পরমাত্মা অনীমক্কা মশক তোঙানবা পোংশক ওইরবদি অনী-মক্কী অভেদ সম্বন্ধ অমসুং অতোপ্প করিগুম্বা সম্বন্ধ অমা লৈবা য়ারোই। অদুনদি পরমাত্মা ( ঈশ্বর ) না জীবাত্মাগী ধর্ম্মাধর্ম্মগী মশক ওইবা অদৃষ্টগী অধিষ্ঠাতানি হায়বসি করম তৌনা হায়বা য়াগদগে ? জীবাত্মাগা লোয়নন ঈশ্বরগী করিগুম্বা সম্বন্ধ অমা লৈত্রবদি মহাক্কী অদৃষ্টশিংগা লোয়ননসু করিগুম্ব সম্বন্ধ অমা লৈবা য়াত্রবনিনা ঈশ্বরনা মহাক্কী অধিষ্ঠাতা ওইবা ঙমদে। অদুনদি জীবাত্মাগী অদৃষ্টগী কল করম্না .থাক্কনি ? পাউখুম—ন্যায়বার্ত্তিকদা উদ্দ্যোতকরনা ঈহান হানবদা হায়খি—কনাকনাগুম্বশিংনা বিভু পদার্থ অনীগী মহৈ মহৈ নিত্যসংযোগ স্বীকার তৌই অমসুং প্রমাণনা মতু লেপ্পি। বিভু পদার্থ অনীগী ক্রিয়া লৈতবনিনা মথোয়গী মফমদা ক্রিয়াজন্যসংযোগ লৈফমদি থোক্কে, অদুবু হায়রিবা সংযোগ অসিদি নিত্যনি। আকাশনচিংবা বিভু পদার্থদি অতৎপা লৈতনা মহৈ মহৈ সংযুক্ত ওইদুনতা লৈ। উদ্দ্যোতকরনা মত অনিগী যুক্তিসু পীখি। মত অসিদা জীবাত্মা পরমাত্মাগী নিত্য সংযোগ সম্বন্ধ লৈরবনিনা পরমা-ত্মানা জীবাত্মাগী অদৃষ্টগী অধিষ্ঠাতা ওইবা য়াই। মতুঙদা মহাক্না অমুকস্ন হায়—বিভু অনীগী সংযোগ স্বীকার তৌদবশিংগী মতমদা জীবাত্মা খুদিংদা সক্রিয় ওইবা মনগা লোয়নবা পরমাত্মাগী সংযোগ সম্বন্ধ ওইবনিনা অদুগুম্বা মনগা সংযোগ সম্বন্ধ পোকই। অদুনা জীবাত্মা অদুগী ধর্ম্মাধর্ম্মরূপ অদৃষ্টগা লোয়নন ঈশ্বরগী পরম্পরা সম্বন্ধ লৈবা তারে। অদু ওইরবদি ঈশ্বর, মহাক ( জীব ) কী

অধিষ্ঠাতা ওইবা ওয়ে। মরুওইবা রা—ছায়খিবা মত অনীমক্তা জীবাত্মাগী অদৃষ্টগা লোয়ননা ঈশ্বরগী পরম্পরা সম্বন্ধ লৈ। অতুগী মসুংদা বিভু অনীগী মহৈ মহৈ সংযোগ সম্বন্ধ লৈতে; অসিমক হৌজিক্কী নৈয়ায়িকসম্প্রদায়গী চৎনরিবা মতনি। তৌইগুম্বসুং প্রাচীননৈয়ায়িক কয়ামুক্কা মত অসি য়ারম্মি অমসুং মমাঙৈঙৈ-দসু ছায়খিবা মরম অসিদা মতভেদ লৈরম্মি ছায়বসি উদ্যোতকরগী য়াহৈ অসিনা তরং তরংনা খণ্ডবা ওম্মি। অতুমকপু বেদান্তদর্শনগী —"সম্বন্ধানুপপত্তেঃ" ( ২ । ২ । ৩৮ ) সূত্র অসিগী ভাষ্যদা ভগবান্ শঙ্করাচার্য্যনা প্রকৃতি পুরুষ অমসুং ঈশ্বরগী সংযোগ সম্বন্ধ লৈতে ছায়বসি সমর্থন তৌবদা মথোয়গী বিভুত্ব অসিতনা অহানবা কারণনি ছায়থি। মকম অতুদা ভামতীকার বাচস্পতি মিশ্রনসু বিভু ওইবদগী অমসুং নিরবয়ব ওইবদগী বিভু পদার্থগী অমগা অমগা সংযোগ ওইবা য়াদে ছায়থি। তৌইগুম্বসুং মহাক্কা মথক্তা বিভু পদার্থগী মহৈ মহৈ নিত্যসংযোগসু লৈ ছায়না সমর্থন তৌথি।

ভামতীটীকাদা বাচস্পতিমিশ্রগী বিরুদ্ধ ওইবা য়াঙাং অনী অসিনা বিভু অনীগী অমগা অমগা সংযোগ সম্বন্ধগী মরমদা মতম অতু-দসু মতভেদ ওইরম্মি অমসুং কনাগুম্বা প্রাচীন নৈয়ায়িক সম্প্রদায়না বিভু অনীগী নিত্যসংযোগ লৈ ছায়বসি থোইদোক্না সমর্থন তৌরম্মি ছায়বসি ঐথোয়না খণ্ডবা ওম্মি। বাচস্পতিমিশ্রনা অতোপ্পশিংগী করিগুম্ব যুক্তিবু খণ্ডন তৌরকপদা মথক্কী প্রাচীনমতবিশেষ অসিবু লৌদুনা সমর্থন তৌথি।

মথক্কী ন্যায়বৈশেষিকক্কী সিদ্ধান্তদা অদ্বৈতবাদী বৈদান্তিক সম্প্রদায়গী অকনবা আপত্তিদি জীবাত্মানা শরীর খুদিংগী তোঙানবা

অমস্তুং বিভু ওইবা তারবদি জীবশিংগী হকচাং খুদিংদা জীবাত্মা পূন্নমক্কী আকাশগুম্না সংযোগ সম্বন্ধ লৈব মরম্না হকচাং খুদিংদা জীবাত্মা পূন্নমক্কী সুখদুঃখনচিংবা ভোগ ওইব য়াব তারে। অদ্বৈতবাদী সম্প্রদায়না মসি ককপা য়ারোইদবা আপত্তিনি থম্দুনা পূন্নমক্কা ঊপন পল্লখি। তৌইগুম্বস্তুং নৈয়ায়িক অমস্তুং বৈশেষিক সমপ্রদায়গী য়াদি অসিনি—জীবগী অয়াম্বা দেহগা অয়াম্বা জীবগা চুন্নগী সংযোগ সম্বন্ধ লৈরবস্তু অদুগুম্ব জীবাত্মাগী অদৃষ্টবিশেষ অমদগী অদুগুম্ব শরীর অমা কংখিবা, অদুগা লোয়ননা জীবাত্মা অদুগী সংযোগ বিশেষ অমা ওই।

জীবাত্মাগী অদৃষ্টবিশেষ অমস্তুং দেহবিশেষ অমগা লোয়ননা সংযোগ বিশেষমক্তনা সুখদুঃখনচিংবভোগগী নিয়ামকনি। অদুমন্তুবা অধ্যায়গী শেষপ্রকরণদা ৬৬। ৬৭ শুবা সূত্রনা মহর্ষি গোতমনা মশামক্না হায়খ্রিবা আপত্তিগী পরিহার তৌখি। মফম অদুমক্তদা মহাক্কী তাৎপর্য্যবর্ণন তৌখি।

ঐখোয়না শোয়দনা খণ্ডদবা য়াদবা অমনি খনবদগী নানা মত নৈনদুনা লাকপসি ফনা লাপলক্লে। লাইরিক্কি শক্তম অসি চাউমনখিগনি কিবনা মথক্কী বিষয় অসিদা অমুক হেক্তিন্না আলোচনা তৌজরোই। ঐখোয়না মরু ওইনা হায়জগদবন্ অসিনি—ভাষ্যকারবাৎস্যায়ননা গোতমগী মতবু নৈনবা হৌরকপদা মহাক্কী ভাষ্যদা ঈশ্বরবু "আত্মান্তর" হায়না জীবাত্মা অমস্তুং ঈশ্বরগী খাঙৈশেংবা ভেদপ্রকাশ তৌরম্মিবা অদু মরোঙ তোপ্পা তোপ্পা মমাঙৈঙদগী নৈয়ায়িকসম্প্রদায় অমস্তুং অতোপ্প সম্প্রদায় অয়াম্বনা সমর্থন তৌরম্মি, হায়বদি মখোয়শিং অদুনস্তু জীবাত্মা অমস্তুং পরমাত্মাগী খাঙৈশেংবা ভেদ

অসি খণ্ডন তৌরগা অদ্বৈতমতবু সমর্থন তৌরমদে। মখোয় অসি অদ্বৈতমতদা পুক্নীং চঙ্লমদে হায়বসিস্থু মখোয়গী গ্রন্থনা খণবা ঙম্মি।

মহানৈয়ায়িক উদয়নাচার্য্যগী "আত্মতত্ত্ব বিবেক" গী মনুঙদা য়াওবা য়াঙাং করিগুম্বা উক্তুনা কনা কনাগুম্বনা হৌজিক মহাক (উদয়নাচার্য্য) পু অদ্বৈতমতাবলম্বীনি হায়না পুংজাও থাজবস্থ ঐখোয়না মহু খণবা ঙমদে। মরমদি উদয়নাচার্য্যনা বৌদ্ধসম্প্রদায়বু করিগুম্ব মরোঙ অমনা মায়থিবা—পীনবগীদমক্তা হায়খ্রিবা গ্রন্থ অসিদা মফম কয়ামুক্তা অদ্বৈত মত লৌহুনা বৌদ্ধ মত ককথৎখি অমসুং মরম অহুমক্তনা কবিগুম্বা মফমদা অহুগুম্ব বৌদ্ধমতদগীদি অদ্বৈতমতনা মপাঙ্গল কল্লি অমসুং হেল্লি হায়না হায়বম্মি হায়বসিদি ঐখোয়না খণ্ডিত। মহুমক্তনা উদয়নাচার্য্যবু অদ্বৈতমতাবলম্বীনি হায়বদি হায়কম থোক্তে। থোইদোকপদি মহাক অসি ন্যায়মতাবলম্বীনি হায়বা ঐখোয়না খণ্ডিত। মরমদি—মহাক্না "আত্মতত্ত্ব বিবেক" কৌবা গ্রন্থদা ন্যায়মত মতুংইন্না অখোয়বা পুরুষার্থ ওইবা মুক্তিগী মশক অমসুং কারণনচিংবা বিচার তৌহুনা সমর্থন তৌখি। অহুগী মথক্তা অমুকস্থ মহাক্না গ্রন্থ অসিদা উপনিষৎকী সারসঙ্ক্ষেপ প্রকাশ তৌরকপদা "অশরীরং বাবসন্তং প্রিয়াপ্রিয়েণ স্পৃশতঃ" শ্রুতিবাক্য অসিবু মহাক্না সম্মত ওইবা মুক্তিগী মরমদা প্রমাণ ওইনা উল্লেখ তৌরগা পূর্বপক্ষ তৌরম্মি—শ্রুতিনা সত্য ওইবা জগৎপু মিথ্যানি হায়বসিনা ওইফদবা য়াঙাং শ্রুতিদা লৈ, অমসুং শ্রুতিদা বিরুদ্ধ ওইবা সিদ্ধান্ত য়াম্না হায়রিবনিনা ব্যাঘাত দোষ লৈ, অমসুং শ্রুতিদা আত্মতত্ত্ব অমত্তবু হয়া হন্না তাকপনা পুনরুক্তি দোষ লৈ। দোষ

অহুম অসি লৈবনা শ্রুতিবু প্রমাণ ওইনা লৌবা য়াদে। মরম অহুনা মুক্তিগী মরমদা শ্রুতিনা প্রমাণ ওইবা য়াদে।

পাউখুমদা উদয়নাচার্য্য —শ্রুতিদা মথক্কী দোষ অহুম অসি লৈতে। মরমদি জগৎপু মিথ্যানি হায়বনচিংবা খণ্ডহনবা শ্রুতিশিংগী তোঙতান তোঙতানবা তাৎপর্য্য লৈ। মুমুক্ষু ওইবা সাধকনা আত্মাদা থাঙ্গৈমকশেংনা জগৎ প্রপঞ্চ অসি লৈতে হায়না খণগনি অসিনা জগৎপু মিথ্যানি তাকপা শ্রুতিগী তাৎপর্য্যনি, জগৎপু মিথ্যানি হায়বসিদি সিদ্ধান্তনি হায়বনা শ্রুতিশিং অসিগী তাৎপর্য্য নত্তে। আত্মা অমত্তগী তত্ত্বজ্ঞাননা মোক্ষগী সাক্ষাৎ কারণনি হায়বসিনা অদ্বৈত শ্রুতিগী তাৎপর্য্যনি, থাঙ্গৈশেংনমক আত্মা অমত্তনি হায়বদি শ্রুতিগী তাৎপর্য্য নত্তে। আত্মা হায়বসি খুদকা লুই হায়বসি খণ্ডহনব (তাকপা) না আত্মতত্ত্ববু হন্না হন্না তাকপ (উপদেশ) গী তাৎপর্য্যনি। মুমুক্ষুসাধকনা মপানগী বস্তুশিং অসিদদা মশা মশাগী প্রিয়নি হায়ত্তুনা আসক্ত ওইফদে হায়বসিনা আত্মাদি নির্ম্মমনি তাকপা শ্রুতিশিংগী তাৎপর্য্যনি। আত্মাদনা উপাদেয়বস্তুনি, মুমুক্ষুনা খণজগদবা হায়ববু আত্মাদনি (মহাকপু খণ্ডলবদা অতৈ অমা অমুক খণনিংঙাই লৈতে) অাসদনা "আত্মবৈদংসর্বং" শ্রুতিগী তাৎপর্য্যনি, আত্মা নওনা পদার্থ অমা লৈতে হায়বনা তাৎপর্য্য নত্তে। অম্নম তৌনা প্রকৃতি, মহৎ, অহঙ্কারবু তাকপা শ্রুতি অমস্তুং সাঙ্খ্যনচিংবা দর্শনগী তাৎপর্য্যস্থ মুমুক্ষুনা শ্রুতিশিংগী অমস্তুং সাঙ্খ্যনচিংবা দর্শনগী মতুঙইন্না যোগনচিংবা কর্ম্মবু অনুষ্ঠান তৌগদবনি হায়বসিনি।

উদয়নাচার্য্যনা পুন্নমক অসি হায়রুরগা মমৈদা হায়খি—মথক্তা হায়খ্রিবা তাৎপর্য্য অসি য়াত্রবদি জৈমিনিমুনিতনা বেদজ্ঞনি, কপিল

মুনিদি নত্তে হায়বা করম্বা অরেপ্পা লৈবগে ? অদুগা মথোয় অনীমক (জৈমিনি-কপিল) বেদজ্ঞ ওইবা তারবসু মথোয় অনীগী ব্যাখ্যা-ভেদ নত্রগা মতভেদনা করম তৌনা ওইথি ? মতাংদ্‌ অসিদা "জৈমিনির্যদি বেদজ্ঞঃ কপিলো নেতি-কা প্রমা। উভৌচ যদি বেদজ্ঞৌ ব্যাখ্যা ভেদস্তু কীদৃশঃ ॥ (আত্মতত্ত্ববিবেক) শ্লোক অসি উদয়নাচার্য্যগী মমাঙদগী হৌনা লৈরক্লরিগনি নীঙিঙ। মশামক্লা ঈজবা শ্লোক ওইরবদি গোতম অমসুং কণাদগী মীংসু পল্লমগনি নীঙিঙ।

ফরে লৈরসনু—মথক্কী ৱা অসিদা উদয়নাচার্য্যগী তাৎপর্য্যদি—জৈমিনি অমসুং কপিলনচিংবা দর্শনকার ঋষি পূম্নমক বেদজ্ঞ অমসুং তত্ত্বজ্ঞ ঙাক্তনি হায়না লৌগদবনি। মথোয়শিং অসিগী মনুঙদ্‌া কনানা বেদজ্ঞনি কনানা নত্তে হায়বসিদি ৱা য়াম্লদনা য়াবদি ঙমদে। অদুনা নানা শ্রুতিগী অমসুং নানাদর্শনগী তাৎপর্য্য তোঙেঙান তোঙঙান লৌদুনা সমন্বয় তৌগদবনি, হায়বদি মথক্কী তাৎপর্য্যশিং অসি লৌরবদি শ্রুতি অমসুং দর্শনশিংগী তত্ত্বগী মরমদা করিগুম্ব বিরুদ্ধমত লৈতবনা (সিদ্ধান্ত অমত্তা ওইবনা) শ্রুতিদা অমসুং দর্শন শাস্ত্রদা ব্যাঘাত অমসুং মতবিরোধ হায়বা দোষ অদু থাঙ্গৈশেংনা লৈতে হায়বসি মফম অসিদা থখিঙ। কাউরোইদবদি—উদয়নাচার্য্যনা মথক্তা মতৌ অসুম তৌনা সমন্বয় তৌরুবসিনা অদ্বৈমতবু সিদ্ধান্ত শুইনা য়াখিবদি নত্তে। মহাক্লা অদ্বৈত সিদ্ধান্তগী অনুকূল শ্রুতিশিং লৈবদি লৈ হায়না য়ারবসু মথোয়গী তাৎপর্য্যদি মতৌ অসুম্না কল্পনা তৌথিরম্মী—মতুনা মরম ওইদুনা মহাক্লা ন্যায়মতদবু অচুম্বা সিদ্ধান্ত ওইনা লৌথিরম্মি অমসুং মতুবু সমর্থন তৌনবগীদমক শ্রুতিশিং অদুগী মথক্তা উৎখ্রিবা মরোংগী তাৎপর্য্যগী ব্যাখ্যা তৌথি হায়বা তরং তরংনা থঙ্‌বা ঙম্মি। অদুমা

মহাকপু ঐথোয়না করম্না অদ্বৈতমতাবলম্বীনি হায়সিগে অমসুং খণ্ড-শিগে ? শোইদনা মহাক্না মহাক্কী ব্যাখ্যানা ন্যায়মত সমর্থনগীদমক অদ্বৈমতখণ্ডন তৌবসু ওম্লম্মি, অদুবু মহাক্না উপনিষৎকী "সারসংক্ষেপ" প্রকাশ তৌবদা মথক্কী মরোং অসুমতৌনা শ্রুতিগী তাৎপর্য্য ব্যাখ্যা তৌদুনা সমন্বয় উৎলগা ন্যায়গী মতদবু চেৎনা থম্লম্লিব অসিনদি মহাকপু অদ্বৈতমতাবলম্বীনি হায়বসিদি করিগুম্ব মরোং অমদা খণ্ডব ইম্না য়াদে। তৌইগুম্বসুং উদয়নাচার্য্যনা "আত্মতত্ত্ববিবেক" গী মমৈদা মুমুক্ষু উপাসককী ধ্যানগী মথং মনাও উৎপনা মাংওইননা দর্শনশাস্ত্র-শিংগী বিষয়গী তোঙডাম্নবা অমসুং থোরকপগী মরম বর্ণন তৌরগা দর্শন পুম্নমক্কী সমন্বয় উৎথিবা মরোং অসিনা মহাক্কী সিদ্ধান্ত খণ্ডবা ওম্মি। মদুদি মুমুক্ষুনা শাস্ত্রগী মতুং ইম্না আত্মাবু "শ্রবণ" "মনন" নচিংনা উপাসনা তৌব হৌরক্লবদা ঈহান হানবদা মহাক্কী মফমদা বাহ্য পদার্থদমক প্রকাশ ওই। মথোয় অসিদংবু আশ্রয় তৌরগদা কর্ম্মমীমাংসা অমসুং চার্বাকমত থোরকই। অদুগী তুংদা মহাক (উপাসক) কী মফমদা ইন্দ্রিয়গ্রাহ্য বিষয়গী মশক ওইদুনা আত্মাগী প্রকাশ ওই। মহাকপু আশ্রয় তৌদুনা বৈদান্তিক মতগী উপসংহার অমসুং বিজ্ঞানমাত্রবাদী যোগাচার বৌদ্ধমত থোক্লকই, অমসুং মুমুক্ষু সাধককী অবস্থা অদু তাক্কে হায়বগীদমক শ্রুতিনা "আত্মৈবেদং সর্বম্" অসিনচিংবা হায়রম্মি।

উদয়নাচার্য্যনা মতৌ অসুম তৌনা নানাদর্শনগী নানামত পুথৎ-লকপসিবু সাধককী মথংমনাও নাইবা, মথল মথা অয়াম্বা অবস্থাদবু তাকপনি হায়রগা মমৈথংদা সাধককী করিগুম্বা অবস্থাদা কেবল-আত্মাদগী প্রকাশ ওই অমসুং মদুতবু আশ্রয় তৌদুনা অদ্বৈতমতকী

উপসংহার ওইথি হায়না হাইরম্মী. হায়বদি সাধককী আত্মোপসনাগী পরিপাকনা অসিগুম্বা অবস্থা অমথক ওইরকই ; মতুদি অতুগুম্বা অবস্থা অতুদা আত্মা নত্তবা করিগুম্বা বস্তু অমগী জ্ঞান ওইদবা। অয়াম্বা শ্রুতিনা সাধককী অবস্থা অতুগী বর্ণনা তৌরম্মি. আত্মা নত্তনা করিগুম্বা বস্তু অমগী থাঙ্গেশেংবা সত্তা লৈতে হায়বসি শ্রুতি পুন্নমক্কী তাৎপর্য্য নত্তে।

উদয়নাচার্য্যনা মমৈদা অমুকস্তু হায়রম্মি—সাধককী মথক্তা হায়খ্রিবা অবস্থা অতু লৈরক্তে। অরোইবদা আত্মাগী মরমদা মহাক্কী সবিকল্পক জ্ঞানস্তু নিবৃত্তি ওইথি। মরম অসিনা শাস্ত্রনা হায়থি "নোদ্বৈতং না পি চাদ্বৈতম্" ( দক্ষ সংহিতা ৭ম অধ্যায় ৪৮ শ্লোক )। মকম অসিদা টীকাকাব বঘুনাথ শিরোমণিনা তাৎপর্য্যব্যাখ্যা তৌরম্মি —মুমুক্ষুনা আত্মাবু নির্দ্ধর্ম্মিক ( ধর্ম্ম পুন্নমক লৈতব ) নি হায়না ধ্যান তৌগনি, অসিমক্তনা "নদ্বৈতং" অসিনচিংবা শ্রুতিগী তাৎপর্য্যনি। ঐথোয়না থিবদস্তু "নদ্বৈতং" অসিনচিংবা শ্রুতি অসি দক্ষ সংহিতাদা থেংনৈ "দ্বৈতঞ্চাপি তথাদ্বৈতং দ্বৈতাদ্বৈতং তথৈবচ। নদ্বৈতং নাপি চাদ্বৈত মিতিতৎ পারমার্থিকম্ ।।" অসিনা মহর্ষি দক্ষগী বক্তব্য থঙ্ব ওয়ে।—যোগীগী পক্ষদা অবস্থা অনীদা দ্বৈত, অদ্বৈত অমসুং দ্বৈতাদ্বৈত পুন্নমক অসি ওই। তৌইগুম্বসুং দ্বৈতস্তু নত্তে অদ্বৈতস্তু নত্তে অসি-মক্তনা পারমার্থিকনী হায়বদি যোগীগী নির্বিকল্পক সমাধিগী মতমদা ওইবা অবস্থা অতুতনা মহাক্কী পারমার্থিক স্বরূপনি। অদ্বৈতবাদী মহর্ষিদক্ষনা মথক্কী শ্লোক অতুনা অদ্বৈতসিদ্ধান্ত মক্তনা থাঙ্গেশেংবা অরোইবা সিদ্ধান্তনি হায়বা ফোংদোক্লম্মি, মসি মাগী অতোপ অতোপ্পা বচনগী মতেঙনা থঙ্বা ওম্মি। মতুংদা মতু ফোংদোক্লকনি। উদয়না

চার্য্যনা হায়খ্রিবা রা অসিগী মতুঙ্দা সংস্কার পূম্নমক মাইথিব্রবনিনা সাধককী নির্বিকল্পক সমাধিগী মতমদা আত্মাগী মরমদস্থু করিগুম্বা জ্ঞান অমত্তা পোক্তে, জ্ঞান পূম্নমক নিবৃত্তি ওইথি। অবস্থা অসিদবু আশ্রয় তৌদুনা বেদান্তগী অরোইবা উপসংহারনি, অমস্তুং অসিগুম্বা অবস্থা অসি থঙহনগে হায়বগীদমক্তা শ্রুতিনা হায়রম্মি - "যতোবাচো নিবর্ত্তন্তে অপ্রাপ্য মনসাসহ" অসিনচিংবা। পুরাতন ওইরবা অমস্তুং ছাপা তৌরবা "আত্মতত্ত্ববিবেক" গ্রন্থদা অসিগী মতুংদা ইরি— "সাচাবস্থা ন হেয়া মোক্ষনগরগোপুরায়মাণত্বাৎ" তৌইগুম্বস্তুং প্রাচীন ওইরবা হস্তলিখিতগ্রন্থদদি মতাঙ অসিদ "সাচাবস্থা নহেয়া" অংশ অসি উদে। করিগুম্ব লাইরিক্তনা অংশ অসি ককথৎপা উই। টীকাকার রঘুনাথ শিরোমনি অমস্তুং মহাক্কী টীকাকার শ্রীবামতর্কালঙ্কার ( নব্যনৈয়ায়িক মথুরানাথ তর্কবাগীশগী পিতা ) মহাশয়নস্তু রাহৈ অসিগী করিগুম্বা তাৎপর্য্য ব্যাখ্যা তৌরমদে। মথোয়না মসিগী মথক্তা হায়খ্রিবা রাহৈ ময়ামগী মরোঙ অমগী তাৎপর্য্যদি ব্যাখ্যা তৌরম্মি। রাহৈ ময়ামগী করিগুম্বা ব্যাখ্যা তৌরমদে। মথোয়গী য়াম্না শমখ্রবা ব্যাখ্যানা উদয়নাচার্য্যগী মমৈগী রাহৈশিংগী তাৎপর্য্য চথোক্না থঙ্দে। ওইনিংবা ওইরসমু "সাচাবস্থা ন হেয়া" পাঠ অসিনা অচুম্বা শোয়দনা ওইরবদি উদয়নাচার্য্যগী বক্তব্য থঙবা ওয়ে—আত্মোপাসক মুমুক্ষুশিংগী মথক্তা হায়খ্রিবা অবস্থা অসি হুন্দোকপা য়াত্রবনি। মরমদি মসি মোক্ষনগরগী গোপুরগা মান্নে। মতাঙ্ অসিদা লক্ষ্য তৌগদবদি - উদয়নাচার্য্যনা মথক্কী অবস্থা অসিবু মোক্ষনগরগী গোপুরগা মান্নে হায়রম্মি, অন্তপুরগা মান্নে হায়রমদে। অছুনদি মথক্তা হায়খ্রিবা অবস্থা অসিগী মতুঙদা মুমুক্ষু-

শিংগী অতোপ্প অবস্থা অমম্মু লৈবি, মথক্কী অবস্থা নিবৃত্তি ওইখি হায়বসি মহাক্কী মতনি খণ্ডিও।

উদয়নাচার্য্যনা মতুঙদা অমুকস্তু হায়খি "নির্বাণস্তু তস্যাঃ স্বয়মেব যদাশ্রিত্য ন্যায়দর্শনোপসংহারঃ" মতাঙ অসিদা টীকাকাররঘুনাথ-শিরোমণিনা মশানা করিগুম্ব ব্যাখ্যা অমত্তা তৌরমদে। মত তিন্নদবা ব্যাখ্যা মথল অনীখক উল্লেখ তৌরম্মি। অহুগী মমুঙদা অহানবা ব্যাখ্যাদা "তস্যাঃ" অসিদা পঞ্চমীবিভক্তিনি, "নির্বাণ" শব্দগী অর্থনা অপবর্গনি। অনীশুব ব্যাখ্যাদা "তস্যাঃ" অসিদা ষষ্ঠীবিভক্তিনি, "নির্বাণ" শব্দগী অর্থনা বিনাশনি। মথক্কী অবস্থা অসি মশানা নির্বাণ ওই হায়রবদি কালবিশেষসহকৃত অহুগুম্বা অবস্থা অহুদগী মহাক্কী অমাঙবস্তু ওই, অহুগুম্বা অমাঙবা অহু আশ্রয় তৌদুনা ন্যায়দর্শনগী উপসংহার ওইখ্রে হায়বসি অনীশুব ব্যাখ্যাগী তাৎপর্য্যনি হায়বা খণ্ডিও। হায়রিবা অবস্থা অসিনা মাঙত্রবদি হায়বদি মুমুক্ষুগী অসি-গুম্বা অবস্থা অরোইবা অবস্থা ওইরবদি ন্যায়দর্শনগী থোইদোকপা কান্নফম অমা লৈফম থোক্রে। তৌইগুম্বস্তুং হায়খ্রিবা অবস্থা অসিনা মাখি হায়বগীদমক মসিদা নপু্না তোংদুনা ন্যায়দর্শনগী সার্থকতা লৈবনি।

মফম অসিদা উদয়নাচার্য্যগী অরোইবা ব্রাহৈ অসিনা খণ্ডবদি মহাক অসিনা ন্যায়দর্শনতবু মুমুক্ষুশিংগী চরমাবস্থা তাকপা অমস্তুং চরম সিদ্ধান্ত তাকপনি হায়খিরম্মি হায়রবসি গ্রথোয়না খণ্ডবা ঙম্মি। মহাক্কী মতদা নানাদর্শনদা মুমুক্ষুশিংগী উপাসনা তৌবা মতমদা মথং মনাও নাইনা মথল মথা অয়াম্বা অবস্থা ওই অমস্তুং নানাদর্শন থোক-খ্রিবস্তু মসিমক্তননি। অহুগী মমুঙদা উপাসনাগী পরিপাক ওইরকপা

মতমদা অদ্বৈতাবস্থানচিংবা করি করিগুম্বা অবস্থা অসি মুমুক্ষুশিংনা লৌদবা য়াত্রবনি অমস্মুং শোয়রকত্রবদি হায়রবস্থু হায়রসমু অবস্থা অদুতনা চরমাবস্থাদি নত্তে। চরমাবস্থাদদি ন্যায়দর্শনদা তাক্লিবা তত্ত্বজ্ঞান লাকই, মহাকী ফলনা ন্যায়দর্শননা তাক্লিবা মুক্তি অদু ওইরকই।

হৌজিক উদয়নাচার্য্যগী আত্মতত্ত্ববিবেকগী অরোইবা য়াঙাংনা মহাকী মথকী সিদ্ধান্ত অসি খঙ্লবদি মহাক অসি মতৌ করম্না অদ্বৈতমতনিষ্ঠ ওইরিবনো? হায়বসি করম তৌনা খঙ্বা ঙম্মি? মহাক্না উপনিষৎকী সারসঙ্খেপপ্রকাশ তৌরকপদা অদ্বৈত শ্রুতি অমস্মুং জগৎ অসি মিথ্যানি হায়বসিতগী মশক তাকপা শ্রুতি পূম্নমকী তাৎপর্য্যকল্পনা তৌরব্বা অমস্মুং শ্রুতিশিংগী অমগা অমগা সমন্বয় তৌবা য়াননবা অনৌবা কল্পনা কয়ামুক পীরম্ব ( উৎলম্বা ) অসি চিন্তা তৌরবস্থু মহাক অসি অদ্বৈতমতনিষ্ঠনি হায়না খনবা য়াদে। সুধীশিংনা উদয়নাচার্য্যগী হায়খ্রিব' য়াহৈশিং অসি খোইদোক্লা য়াথল তৌবিগনি।

মতাঙ অসিদা অসিমস্থু শোয়দনমক হায়দবা য়াদে। উদয়নাচার্য্যনা নানাদর্শনগী বিষয় তোঙতান্নবগী অমস্মুং নানাদর্শন পোক্লকপগী মরম বর্ণন তৌহনা অনৌবা সমন্বয় উৎলম্বসি সর্বসম্মত ওইবা নত্তে হায়বসিদি য়াফম থোকই। মরমদি সম্প্রদায় পূম্নমক্না উদয়নাচার্য্যগুম্না মাগী মাগী মতবু অরোইবা সিদ্ধান্তনি হায়না অতৈ অতৈ দর্শনগী তোঙান তোঙানবা উদ্দেশ্য অমস্মুং তোঙান তোঙানবা তাৎপর্য্যকল্পনা তৌবা য়াই। তৌইগুম্বস্মুং সম্প্রদায় অমনা তৌবা কল্পনা সম্প্রদায় অমগী পেন্নবগী মশক্তি ওইদে। সাঙ্খ্যাচার্য্য বিজ্ঞানভিক্ষুনস্থু সাঙ্খ্যপ্রবচনভাষ্যগী ভূমিকাদা মশাগী মতবু অরোইবা সিদ্ধান্তনি

হায়রগা স্থায়নচিংবা দর্শনগী উদ্দেশ্তনচিংবা দর্শন তৌহুনা বড়্দর্শন সমন্বয় তৌখি।

"বামকেশ্বরতন্ত্র" গী ব্যাখ্যাদা মহামনীষী-ভাস্কররায়না অধি কারী ভেদতবু অবলম্বন তৌহুনা দর্শন পুম্নমকী সমন্বয় বিশেষ ওইনা তৌখি, থিবিনিংবশিংনা থিবিগনি। তৌইগুম্বসুং সমন্বয় অন্তঃ বিবাদশান্তিদি ওইবা য়াদে। মরমদি থাকৈশেংবা সিদ্ধান্ত নত্রগ উত্তর ওইবা য়াদে। সম্প্রদায় পুম্নমক্না মাগী মাগী সিদ্ধান্তবু চরম সিদ্ধান্তনি হায়রগা অদিকারী তোঙানবগী মথক্তা তোংহুনা অতোপ অতোপ্পা সিদ্ধান্তগী উদ্দেশ্য অহু করিনো হায়বা অমদি শোয়দনা হায় গদবা লৈ।

অতোপ্পগী সিদ্ধান্তবু অতোপ্প অমনা অচুম্ব সিদ্ধান্তনি হায়বা কৈদৌউদসু হায়রোই। অসিগুম্বা সিদ্ধান্ত অসিনা মত অমগ অমগা থংনবা অমদি য়েংনবা নেগদি য়ারোই। অধিকারী তোঙান বগী মতুং ইন্না ঋষিশিংনা নানামত উপদেশ তৌরম্বনি হায়বসিদি অচুম্বনি, "অধিকারিভেদেন শাস্ত্রাণ্যুক্তান্যশেষতঃ"॥ অসিনচিংব শাস্ত্রবাক্যনসু মসিমদি তাক্লিদি হায়ববু খ্বাইমক্তদগী চরম অধিকারি করিনো? চরমসিদ্ধান্তনা করিনো? হায়বগী পাউখুমদি অরাবগী মশক্তি। মরমদি ঐখোয়, খ্বাইদগী তোপ্পবা অধিকারীনি, ঐখোয়গী [illegible] তাকপিখিবা সিদ্ধান্তহু অরোয়বা সিদ্ধান্ত নত্তে হায়বসি কনা [illegible] সম্প্রদায় অমত্তনা য়াগদবা নত্তে—পুম্নমক্না তাগদবা অমসু [illegible] য়াহৈ নত্তে। মরম অসিনা ওইরমাক্লে নীংই—প্রাচীন ওইরবা [illegible]শিংনা সমন্বয় অসিগুম্বসি উৎনমদবনি। মখোয়না [illegible] [illegible]নবা সিদ্ধান্তবু সমর্থন তৌখি।

সমাপ্তোহয়ং গ্রন্থঃ।